

# মণিপুর ব্যাকরণ

শ্রীগোকুলচন্দ্রশর্ম্মসিংহের অনুবাদ।

# সম্পংপা মণিপুর ব্যাকরণ

অয়েংবা
শ্রীগোকুলচাঁদসিংহ ওয়নাম
মমাংথাগী জোনষ্টোন হাইস্কুলগী এসিষ্ট্যান্ট মাষ্টার
ইম্ফাল, মণিপুর।

অনৌবা সংস্করণ
খৃঃ ১৯৫৩

স্বত্বপুম্বা কণ্ডিংখ্রবা।

মমল ৫০ সিকিহম তনী

# ৱাফেৎদোক

ঐখোয়না পোৎরায়-চৈরায়বমক্তা য়ুম্লোম্নবদগী পোৎকূপ চৈকূপনচিংবা তাল্লুবদা খুদোংচানা থোক্লে ১স্নুং অতাক-অফোঙ-নবা মতৌস্নু থোক্লদে। তৌইগুম্বস্নুং য়ুমথাং লা-ম্না তাল্লুবদি ঈকাইনফম (হংগোইফম) ১স্নুং অতাক-অফোংনফম থোক্লে।

মাতৃভাষা (ইমারোন) গী মচাক তাল্লুবদস্নু অঙ্কমণ্ডায়। য়ুম-লোম্নরিবা (ইরৈপাক্কী) রাষ্ট্রভাষাদগী মচাক তাল্লুদনা, য়ুমথাং লানখ্রবা (মীরৈপাক্কী হায়বদি সমুদ্র ৱাংমদগী) মচাক তাল্লুরিবা অসিমক, খঞ্জিল্লুরবদি লৈজদবা অতাক-অফোংনবা ১স্নুং অরেম্বদা ৱারুবা নত্তনা অতৈ অমা ওইরুফম থোক্লদে।

মরম অসিদগী হন্দক্কী 'সম্পৎপা মণিপুর ব্যাকরণ' মচ্চা অসিগী মচাক-মঊ খিবিক মীরৈপাক্কগী তাল্লবা তৌদনা, শুপ্পগী ইরৈপাক্কী মচাক্কনা ১স্নুং নাহারোনগী খঙ্ফম থোকপা সামঞ্জস্য (ম-মাম্না) য়াবমখৈ থমজদনা লেংজবা তাখ্রে।

অস্নুম ওইবা লাইরিক মচ্চা অসি, মণিপুর শিক্ষাবিভাগকী কর্তৃপক্ষ (Authority) না নিম্ন ১স্নুং উচ্চ প্রাইমারী স্কুলগী টেক্সটবুক লিষ্ট মস্নুং চনবিখ্রবদি অরামন মহৎ (মহৈ) য়াম্লে নীংজরগনী।

লাইরিক মচ্চা অসি লেংজবদা ঐহাক অয়াম্বা হৈসিংখ্রবা পণ্ডিতশিংগী গ্রন্থদগী থোইদোকপা পাম্বৈ ফংজখী। অরোইবদা

মখোয়গী মফমদা থম্মোয়-লকান্নুংগী অথেংবী তৌবিমন ফেং্‌াংজরী। অমহিকন্নুং চানবিথোইবা পণ্ডিতশিংনা কৃপা তৌবিদ্রা অরাল-অহুই চুমথোক্লবগী পাউতাক পীনবিরক্লবদি থোইনা কান্নজবা ওইরগনী। ইতি ১৮।১১।৫৩ ইং

বিনীত

গ্রন্থকার

# অভিমত

সম্পৎপা মণিপুর ব্যাকরণগী মরীদা চানবীথোইবা, স্বদেশ-প্রেমিক শিক্ষিত ভদ্রলোক কয়ামকমগী অভিমত ১। ২ দং মথাদা মথং মথং থেচ্চিল্লখ্রে।

পূজ্য ওঝা শ্রীগোকুলচাঁদসিংহ ওয়নামনা লেংবিবা "সম্পৎপা মণিপুর ব্যাকরণ" হায়বা লাইরিক অসিগী পাণ্ডুলিপি অসি য়াম্ন মুন্না পাজরে, পাবদা পুক্নিংদা য়োনা মুঙাইবা অমা পোকই। হৌজিক্কী মতমদা লৈরিবা অমদি লেংনরক্লিবা মৈতৈরোনগী ব্যাকরণ অয়াম্বদা গ্রন্থকারশিংনা ইংরেজী ব্যাকরণগী নাউন, প্রোনাউন হায়বা অসিনচিংবা ইংলিশ রাহৈ অসি শীজিন্নরি। ওঝানা ইবিরিবা লাইরিক অসিদদি ব্যাকরণগী সংজ্ঞাগী ওংদা (term) অয়াম্বা ইরোন্দা ওন্থোকপিরে; মসি মৈতৈ ঐখোয়গী অনৌবা পোচ্ছক অমনি হায়বা য়াই। মৈতৈ সাহিত্যগী থুংলাই ওইবা মৈতৈ ব্যাকরণস্থু মতম অমদা নত্রগা মথং মথং অসুম-সুম চাওখৎলকনি হায়বসি ওঝাগী "সম্পৎপা মণিপুর ব্যাকরণ" অসি পারগা হায়বা ঙমজৈ ১সুং থা-জবা পোকই। অরাং অরাংবা থাক্কী (মথাংগী) মৈতৈ ব্যাকরণদস্থ মওং অসিদা লেংবিরকনি হায়না আশা তৌজৈ। ইতি ৩। ৯। ৫২ ইং।

শ্রীকালাচাঁদশাস্ত্রী বি, এ,

অফিসিয়েটিং হেডমাষ্টার,

জোনষ্টোন হাইস্কুল

ইম্ফাল, মণিপুর

ঐগী পরমপূজ্য শিক্ষাদাতা ওঝানা চহী মতাং অসিদা তোথোরকপা থবক অসিনা লাইরিক্কী অফ-ফত্তগী বাদি লায়রবুনা, পুন্সিগী নাংথিবা দর্শন অমবু মশাগী পুন্সিনা খূদম ওইনা উত্তুনা ময়ামদা তম্বিবী। পুন্সিগী হিংনবগী অহানবা খোঙহৌদগীসু ওঝানী—পুন্সি লোইবা ফাওবা ওঝাতা ওইদুনা লৈবিগদৌরী।

ওঝাগী 'সম্পৎপা মণিপুর ব্যাকরণ' অসিগী মরমদা—মীরোন্দা চূদুনা লৈরবা কাং-খুদা, ইরোন্দা হান্না লৈজরম্বা নত্রগা খঙবা ঙম্নবা নোনা হৌদোকপা সংজ্ঞা অমত্তং লেক থেংনবদা থোইদোকনা তাইওন্নবা মওং ওইনা থোকই। তৌইগুমসুং য়েহেল্লৈংগী য়াবা মখৈ ইরোন্দা ইবা লাইরিক তম্মক্তবন মসিগী অথেইবা মরম অমা ওইনা থোকই। মসি পাঠা ওইনা লৌ-বিরবদি মতুংগী মীরোন্দদি শেরান্নবা পূর্ণাংগী মওং অসিমদি থরগী মখৈ কে রুফন থোক্লে।

লাইরিক অসিমক্তি নিম্ন অমসুং উচ্চ প্রাইমারী স্কুলগী অওাং-ক্লাসকী পাঠা ওইনা লেংবিরকপনা। মসিনগী হেন্না মপূং-ফাবা ইরোনগী ব্যাকরণ অমগী দমক মা হয়ান্নলা আশা তৌদুনা লৈন-রগনি। ওঝাদা মাত্নগী মচাকশিং অত্ত শোয়দনা লৈরম্ফম থোক্লে হায়না থাজজে। অদুম ওইবা মচাকশিং অত্ত পূর্ঙ্কিনবিদুনা লাইরিক্কী মওং ওইনা থোরকপা মুদিং অদু ঙাইদুনা লৈজরী। ইতি।

ইম্ফাল
তাং সেপ্টম্বর ২২
খৃষ্টাব্দ ১৯৫২

চীংঙাথম শ্রীপিশকসিংহ এম্, এ
হেডমাষ্টার,
চূড়চাঁদ হাইস্কুল
ইম্ফাল, মণিপুর।

ওঝা ইবুঙেঙা শ্রীগোকুলচাঁদসিংহ ওয়নামগী "সম্পৎপা মণিপুর ব্যাকরণ" পাজরে। তশেংবা ইমারোনগী ব্রাহৈ-ব্রাতানা ইংরেজীগী মতুং শিন্দুনা মৈতৈবোন তম্বা অঙাংশিংগী খুদোংচানবা লেংবিবা ব্যাকরণনী। মাতৃভাষানা ইংরেজীগী মতুং শিন্দুনা শিক্ষা পীনবা ভারত পুন্নমক্তা হোৎনরক্লবা মতম অসিদা, ওঝাগী লাইরিক অসি মতমগা চুনরবা পোচ্ছক অমা ওইনা থোক্লরী। পুন্সিগী নুংিদাংব্রাইদা পীনবিবা ওঝা ইবুঙেঙাগী খুদোন অসি মৈতৈরোন তম্বশিংগী কাম্নবা খুৎলাই অমা ওইরগনি হায়না খঙ্জে। ইতি ২৯।৯।৫২ ইং।

কোঙ্জেংবম শ্রীগৌরসিংহ বি, এ,
স্কুল ইন্স্পেক্টর মণিপুর,
ইম্ফাল।

# হীরমগী লামায় (সূচিপত্র)

সম্পাৎপা

# মণিপুর ব্যাকরণ।



## ময়েক্কী হীরম (বর্ণ-প্রকরণ)।

১। ঐখোয় মশেন অমগা ২ য়ারী-য়াতাই সান্নরিবা অদুবু লোল (ভাষা = Language) কৌয়ে।

২। লোল অসি সম্পাৎপা খূদম কয়ামরুমনা ইনৈ। খূদমশিং অদুগী অমম্মম্মু ময়েক (বর্ণ = Letter) কৌয়ে। মাদুদি :—অ আ ক খ অসিনচিংবা। ময়েক ময়াম অসিবু পূল্লপা ময়েক পরেং (বর্ণমালা = Alphabet) কৌয়ে।

৩। ময়েক কয়ামরুম তিঙ্ক্লিন্নরগা শব্দ কৌয়ে। মাদুদি :— 'রাম' শব্দ অসিদা র্ + আ + ম্ + অ ময়েক মরি অসি লৈ।

৪। লোল অসি শেংনা ইবা পাবা তম্নবা লাইরিক (শাস্ত্র) অদুবু ব্যাকরণ কৌয়ে। ব্যাকরণ অসি লোনগী মতুংইন্না মখল্মখা য়াম্মী। মাদুদি :—মণিপুর ব্যাকরণ, বাঙ্গালা ব্যাকরণ, সংস্কৃত ব্যাকরণ অসিনচিংবা।

৫। ময়েক অসি শুপ্নগী ৪৭ তনী। মসিগী মনুংদা ময়েক অসি মখন অনী থোকই। মাদুদি:— **স্বর ময়েক** অমসুং **ব্যঞ্জন ময়েক**।

## স্বর ময়েক ( স্বরবর্ণ = Vowel )

৬। অতোপ্পা ময়েক্কী মতেং (সহায়) য়াওদনা মথনা খোন্থোক ( উচ্চারণ ) থোকচবা য়াবা মাদুবু **স্বর ময়েক** কৌয়ে। স্বর ময়েক ১৪ তনী; মাদুদি:— **অ আ ই ঈ উ ঊ ঋ ৠ ঌ ৡ এ ঐ ও ঔ** *।

( ক ) মসিগী মনুংদা অ ই উ ঋ ঌ স্বর ময়েক মংঙা অসিগী খোন্থোক থোক্লকপদা মতম খজিক্কা চঙবদগী মখোয়বু **হ্রস্ব স্বর** ( অত্তোনবা স্বর ) কৌয়ে।

( খ ) অদুগা আ ঈ ঊ ৠ ৡ এ ঐ ও ঔ স্বর মাপন অসিগী খোন্থোক্তা মতম য়াম শাংথনা চঙবদগী মখোয়বু **দীর্ঘ স্বর** ( অশাংবা স্বর ) কৌয়ে।

৭। মথক্কী হ্রস্ব-দীর্ঘ স্বর মথল অনী অসী, মৈতৈরোন্দদি অওইতম্না খোন্থোক্কী মতুংইন্না অয়াং-অরূম নত্রগা অরাং-অনেম হায়না চৎনখ্রে। অত্তোন-অশাংগী খোন্থোক্তি চৎনদে। মাদুদি:— ই ফানবা; ঈ থোকপা; উন তাবা, ঊন হুবা; ঔগৃ চোংবা, শৌগৃ থোংবা অসিনচিংবা।

---

* অওক্কী-ওক্তংগা ৠ ঌ ৡ ময়েক অহুম অসী শ্রীজিষ্ণুব্রবমু মুণ-ঋষি-শিংনা হোদোকপিরম্বদগী চঙ্গিঙ্গবা তাথে।

## ব্যঞ্জন ময়েক ( ব্যঞ্জনবর্ণ = Consonant )

৮। অতোপ্পা ময়েক্কী হায়বদী স্বর ময়েক্কী মতেং য়াওদনা খোম্থোক থোকচবা য়াদবা মাদুবু ব্যঞ্জন ময়েক কৌয়ে। মাদুদি— ( ক্ + অ ) অসিদা 'ক' হায়বদা মাগা লোয়ননা 'অ' অমগী খোম্থোক থোক্লকই। 'অ' নত্তনা 'ক' তগী খোম্থোক থোকপা য়াবদে।

ব্যঞ্জন ময়েক ৩৩ তনী। মাদুদি :—ক্ খ্ গ্ ঘ্ ঙ্। চ্ ছ্ জ্ ঝ্ ঞ্। ট্ ঠ্ ড্ ঢ্ ণ্। ত্ থ্ দ্ ধ্ ন্। প্ ফ্ ব্ ভ্ ম্। য্ র্ ল্ ৱ্। শ্ ষ্ স্ হ্।

৯। ছোক-সম্নবা ময়েক ( স্পর্শ বর্ণ )—ক দগী ম ফাওবা ময়েক ২৫ অসী লৈ, খোনাউ, ঙৌ, চীম্বান অসিনচিংবা মফম ছোক-সম্নদা খোম্থোক থোক্লকপদগী মখোয়বু ছোক-সম্নবা ময়েক কৌয়ে। মখোয় অসী শরুক মঙা থোক্লা থায়রী। শরুক খুদিংমকপু কাণ্ডলুপ ( বর্গ ) কৌয়ে। মাদুদি :—

ক খ গ ঘ ঙ ...... ক-কাণ্ডলুপ।

চ ছ জ ঝ ঞ ...... চ-কাণ্ডলুপ।

ট ঠ ড ঢ ণ ...... ট-কাণ্ডলুপ।

ত থ দ ধ ন ...... ত-কাণ্ডলুপ।

প ফ ব ভ ম ...... প-কাণ্ডলুপ।

১০। মরক্কী ময়েক ( অন্তস্থ বর্ণ )—য র ল ৱ ময়েক

মরি অসী ছোক-সন্নবা ময়েক ( স্পর্শ বর্ণ ) ১মুং অশাবা ময়েকী ( উষ্ম বর্ণগী ) মরক্তা লৈবদগী মখোয়বু মরক্কী ময়েক কৌয়ে।

১১। **অশাবা ময়েক** ( উষ্ম বর্ণ )—শ ষ স হ ময়েক মরি অসিগী খোঙ্গোক্কী মতমদা চীনগী মুংসিৎ হাইফেৎ শাবদগী মখোয় অসিবু **অশাবা ময়েক** কৌয়ে।

১২। **নাতোঙ্গোক ময়েক** ( অনুনাসিক বর্ণ )—ঙ ঞ ণ ন ম ময়েক মংঙা অসী নাতোন্দগী খোঙ্গোক থোক্লকপদগী মখোয়বু **নাতোঙ্গোক ময়েক** কৌয়ে।

১৩। **তিন্নুদনা চন্নথ্রবা ময়েক** ( অযোগবাহ বর্ণ )— ং ( অনুস্বার ) ১মুং ঃ ( বিসর্গ ) অনিমক অসিবু **তিন্নুদনা চন্নথ্রবা ময়েক** কৌয়ে।*

## লৈনফম ( অনুশীলন )

১। লোল কদায়বু কৌবগে ? ২। করিগী ব্যাকরণ তম্নরিবনো ? ৩। ময়েক মথন কয়ানো অমসুং মমিং মথা করি করি কৌনবগে ? ৪। কাঙলুপ, নাতোঙ্গোক ১মুং অশাবা ময়েক কদায়বু কৌনবগে ?

---

* ব্যাকরণদা স্বর ১মুং ব্যঞ্জন ময়েক্কী মরীদা লৈরিবা মমিং-মথা ( সংজ্ঞা ) শিং অদুগী মরক্তা ং ১মুং ঃ গী মথৌ তিন্নুদবদগী 'অযোগ' ১মুং তিন্নুত্রবসু শীজিন্নৈ হায়বদগী 'বাহ' মমিং থোনখে। মমিং অনি অসী তিন্নখিদ্র। 'অযোগবাহ' হায়বদি 'তিন্নুদনা চন্নথ্রবা' মমিং থোনখে। মরম অসিনা ং ১মুং ঃ অনিমক অসী অতোপ্পা স্বরগী শাদোং নত্তনা মথনা খোঙ্গোক থোকচবা ঙমদে।

## ময়েক-মখাই ( বর্ণ-বিশ্লেষ )

১। শব্দ অমম্মম ইবদা চঙলিবা ময়েকশিং অহুবু তোঙান ২ উৎপগী মমিং ময়েক-মখাই কৌয়ে। মাহুদি :—রাম শব্দ অসি ইবদা র্+আ+ম্+অ ময়েক মরি অসী চঙই।

২। স্বর ময়েক অসি ব্যঞ্জন ময়েকা তপ্পখ্রবদা, স্বরগী মওং হোংদোকখিবা অহুবু চৈতপ কৌয়ে। ময়েক মখাইগী কালদদি চৈতপশিং অহুগী মফমদা মরূ ওইবা স্বর ময়েক ইনৈ। মাহুদি :—া=আ, ি=ই, ী—ঈ, ু=উ, ূ=ঊ, ৃ=ঋ, ে=এ, ৈ=ঐ, ো=ও, ৌ=ঔ ওইরকখী।

মখাদা ময়েক-মখাই কয়ামরুম খাইদোকত্না উৎলকলী :— হরি=হ্+অ+র্+ই। রাধা=র্+আ+ধ্+অ। কংশ= ক্+অ+ং+শ্+অ। সন্ধ্যাম=স্+অ+ন্+ধ্+আ+ম্+অ।

### নৈন্নফম ( অনুশীলন )

১। ময়েক-মখাই কদায়বু কৌবগে? ২। চৈতপ হায়বসি করিনো? ৩। মখাদা ইরক্লিবা শব্দশিং অসিগী ময়েক-মখাই ইরকও :— বিষ্ণুপুর, খুঙ্গাও, লৈফম, উষায়, লোক্তাকপম, মন্ত্রী, ছাপ্পম, ছাইজীন, ভুমুক, হৃদি, ভুমে, চষাং।

---

## বানান (খড়বোন = Spelling)

১। চৈতপনচিংবা ১সুং তপ্পবা-তপ্পদবা শব্দগী তোঙান তোঙানবা মওং তাক্লিবা অদুবু বানান কৌয়ে।

২। মৈতৈরোনদদি অতোন-অশাং স্বরগী খোম্হোক্কী মহুত্তা, অয়াং-অরূম খোম্হোক্কী মতুং ইন্না চৎনখ্রে। মথক্তসু ই ঈ, উ ঊ, ঋ ৠ নচিংবা স্বরগী খোম্হোক্তা অয়াং-অরূমগী খোম্হোক চৎনখিবা উৎখ্রে। পথাপ অসিগী মতুংইন্না অ আ, এ, ঐ, ও, ঔ স্বর খুদিংমক্তসু অয়াং-অরূমগী খোম্হোক ইপক মপকই, পূম্নমক অসিগী অয়াম্বা পথাপ ( নিয়ম ) লৈরি। চাউরক্লগা মাদো খঙবা ঙম্মকনী।

৩। অতুম ওইনমক শব্দগী মমৈদা আই ( -াই ), আয় ( -ায় ); আউ ( -াউ ), আও ( -াও ); অং ( -ং ), অঙ্ ( -ঙ্ ); আং ( -াং ), আঙ্ ( -াঙ্ ); ওই ( োই ), ওয় ( োয় ) অসিনচিংবনা মতুং থংলরবসু মংখায়গী চাউরাকপা অয়াং-অরূম খোম্হোক মখায়ই। মাদুদি :—

| অয়াংবা | অরূম্বা |
|---|---|
| পাইবা | পায়বা |
| চাউবা | চাওবা |
| খংবা | খঙবা |
| কাং ( চিংবা ) | কাঙ ( চীকপা ) |
| ওইনযবা ( অহাউবা ) | ওয়নম্ ( উরী জাং ) |

৪। মথক্তা ছায়থ্রিবা নিয়ম কায়না চৎনখ্রবা শব্দ কয়ামরুম চৎনরি, মখোয় অতুবু নিয়ম নাইদনা চৎনখ্রবা ( নিপাতনে সিদ্ধ ) কৌয়ে। মাতুদি :—লাঙ্গৈরবা, লাঙ্গৈনা, লাঙ্গৈথুং, লাঙ্গৈমিং, লাঙ্গৈ-রেঞ্জম অসিনচিংবা।

৫। অয়াং অরুম খোঙ্গোক্তুগী তোংঙান তোংঙানবা অর্থসু থোকচরৈ। মাতুদি :—সন থিবা, খুদি থীবা ; নোং চুবা, মশক চুবা ; সম্না রাইবা, পোং রায়বা ; লৌ তৌবা, লও তৌবা অসিনচিংবা।

নৈনফম ( অনুশীলন )

১। বানান কদায়বু কৌবগে ? অয়াং অরুম শব্দদগী করি কয়খা অর্থ পোক্লকপগে ? ২। মথাদা ইরক্লিবা শব্দশিং অসিগী অয়াং অরুম খোঙ্গোক থায়রকও, অতুগা মখোয় খুদিংগী অর্থসু ইরকও :—উট, উইবা, চাইবা, মক, থেঙবা, নিংথি, ঈসং, লোইবা, অথুম্বা, অকাওবা।

---

# রাহৈ ১সুং রাতা ( বাক্য ও পদ )

১। রাতা কয়ামরুমনা পূর্লীংগী ভাব ( রাখন ) মপূংফানা ফোংদোক্লিবা ভাব অতুবু রাহৈ ( বাক্য ) কৌয়ে। মাতুদি :—(ক) রাম নোকলী (খ) যদু লাইরিক ওড়াইরী। (গ) থম্বা ঈসৈ সকই, ভাব অতুম অসিমক রাহৈ অমম্মমনে।

২। অমুক-মুক্তা ভাণ্ডকপা রা অতুবু শব্দ কৌয়ে। মাতুদি :—হরি, ফৌ, য়ুবী, থুড়া, য়ুম অসিনচিংবা।

৩। বিভক্তি ( খাইনা খুদম ) তপ্নবা শব্দ অদুবু ৱাতা ( পদ ) কৌনৈ। মাদুদি :—লৈসংনা মনাওবু ঈম্বু বিরে, ৱাহৈ অসিদা লৈরিবা ৱাতা খুদিংমক্তা মথংসিংনা না, বু, বিরে হায়বা বিভক্তিশিং অসী তপ্নরী।

৪। ৱাহৈ অমগী মন্নুং চল্লিবা ৱাতাশিং অসী মখন মংঙা থোকই। মাদুদি :—**বিশেষ্য** ( শাইওং ), **বিশেষণ** ( শাইওং-খায় ), **সর্ব্বনাম** ( শাইওংহুৎ ), **ক্রিয়া** ( থৌওং ) ১স্থুং **অব্যয়** ( শাইওংলেপ্ )।

## বিশেষ্য ( শাইওং = Noun )

কনাগুম্বা নত্রগা করিগুম্বা অমগী মমিং খঙ্বা **পদ** ( ৱাতা ) অদুবু **বিশেষ্য** ( শাইওং ) কৌয়ে। মাদুদি :—ফৈজাও, সমূক, হৈনৌ, কলকত্তা অসিনচিংবা।

বিশেষ্য অসী মখন মংঙা থোকই—(১) **নাম বাচক** ( মিং খঙ্বা ), (২) **জাতি বাচক** ( জাৎ খঙ্বা ) (৩) **বস্তু বাচক** ( পোৎ খঙ্বা ), (৪) **গুণ বাচক** ( মগুণ খঙ্বা ) ১স্থুং **ক্রিয়া বাচক** ( থৌওং খঙ্বা )।

১। **নাম বাচক বিশেষ্য**—কনাগুম্বা অরেপ্পা মী, পোৎ, নত্রগা মফমনচিংবা খঙ্বা অদুবু **নাম বাচক** ( মিং খঙ্বা ) বিশেষ্য কৌয়ে। মাদুদি :—যদু, শ্যাম, আব্দুল, হিমালয়, গঙ্গা, সুমিৎ, থা, শিলোং, দিল্লী অসিনচিংবা।

২। **জাতি বাচক**—জাৎ অমত্তগী পোৎকী চৎনবী মমিং

অদুবু **জাতি বাচক** ( জাৎ খণ্ড্বা ) **বিশেষ্য** কৌয়ে। মাতুদি :— মী, শা, উচেক, হুই, হৌদোং, শগোল, শামু, উরী, লৌ-রায়, য়ূম্ফাল অসিনচিংবা।

৩। **বস্তু বাচক**—করিগুম্বা পোৎকী মমিং খণ্ড্বা অদুবু **বস্তু বাচক** ( পোৎ খণ্ড্বা ) **বিশেষ্য** কৌয়ে। মাতুদি :—ঈসিং, মুংসিৎ, সঙ্গোম, চিনি, লঙ্কোয়, পুখ্রী, তুরেল অসিনচিংবা।

৪। **গুণ বাচক**—মগুণ, ফীবম, পূক্নীংগী রাখল অসিনচিংবা খণ্ড্বা রাতা অদুবু **গুণ বাচক** ( মগুণ খণ্ড্বা ) **বিশেষ্য** কৌয়ে। মাতুদি :—অতপ্পা, অতনবা, মমুংঙাই, থাজবা, থৌজাল, মফক্কা, মচাউথোক অসিনচিংবা।

৫। **ক্রিয়া বাচক**—ক্রিয়া ( থৌওং ) খণ্ড্বা রাতা অদুবু **ক্রিয়া বাচক** ( থৌওং খণ্ড্বা ) **বিশেষ্য** কৌয়ে। মাতুদি :— তুম্বা, হিপ্পা, চাবা, থকপা, চায়োক, নাউয়োক অসিনচিংবা।

৬। মথক্তা হায়খ্রিবা বিশেষ্য মংগা অসিতা নত্তনা অতোপ্পা মখলগী বিশেষ্য অমখকসু লৈরি।

অয়াম্বা মী নত্রগা পোৎপু অমত্তা ওইনা খণ্ড্বা মমিং অদুবু **পুল্লপ খণ্ড্বা** ( সমষ্টি বাচক ) বিশেষ্য কৌয়ে। মাতুদি :— কাণ্ডবু, সঙ্গ, থুপ্পু, শাগৈ, মন্নপ, সভা, কোম্পাণী।

## লৈন্নফম ( অনুশীলন )

১। বিশেষ্য হায়বসি করিনো ? মখল কয়ানো ?

২। মখাগা ইরক্লিবা য়াতাশিংদু করমনা করবা মখলগী বিশেষ্যনো

হায়:—কাম, মফম, ইরোই, যত্ন, অতিয়াঁ, শামু, যগুণবা, অচানবা, নিংথৌথোং, লঙ্গু।

৩। বিশেষ্য পুথোকও:—হরি মাম ফবা অঙাংনী। খোবগী হুই অয়াংবা অমা লৈ। অতনবা মীবু কনানম্ভু মুংসিদে। শরৎ য়োনা বুদ্ধি ফবা নিপামচা অমা নী। রাম মরৌনফবা ছাত্র অমা নী। হেমচন্দ্র মামা মপুক তপ্পা অঙাং নী।

---

## বিশেষণ (শাইওংথায়=Adjective)

করিগুম্বা রাতা অমনা অতোপ্পা রাতা অমগী মগুণ নত্রগা ফীবম ফোংদোক্লিবা অত্তবু **বিশেষণ** কৌয়ে। মাতুদি:—অহনবা লাইরিক। ফজবা য়ুম। লৈ অঙাংবা। মসিদা অহনবা ফজবা, অঙাংবা, রাতা অহুম অসি **বিশেষণ** নী।

**বিশেষণ মথন অহুম থোকই—বিশেষ্যগী বিশেষণ, বিশেষণগী বিশেষণ ১সুং ক্রিয়াগী বিশেষণ।**

১। **বিশেষ্যগী** মগুণ নত্রগা ফীবম ফোংলিবা রাতা অত্তবু **বিশেষ্যগী বিশেষণ** কৌয়ে। মাতুদি:—'ফজবা অঙাং' অসিদা 'ফজবা' শব্দ অসি অঙাংগী বিশেষণ নী।

২। বিশেষণগী ফীবম, চাংদম ফোংলিবা রাতা অত্তবু **বিশেষণগী বিশেষণ** কৌয়ে। মাতুদি:—য়োনা থুমখ্রবা কী-হোম। হরি য়াম্ম তপ্পা মী অমা নী। খোইনা ফজখ্রবা য়ুম। মখা লয়ি চিংলিবা রাতা অহুম অসিনা 'থুমখ্রবা', 'তপ্পা', 'ফজখ্রবা' হায়বা বিশেষণ অহুম অসিগী ফীবম ফোংদোকপদগী

মখোয়বু হায়বদি 'য়ৌনা', 'য়াম', 'থোইনা' অহুম অসিনা **বিশেষণগী বিশেষণ** ওইররিবনী।

৩। ক্রিয়াগী চাংদম, ওংদা ফীবমনচিংবা ফেৎংলিবা ৱাতা অদুবু **ক্রিয়াগী বিশেষণ** কৌয়ে। মাদুদি :—রাম **তপ্না-তপ্না** চৎলি। শগেন **কন্না** চেয়্লি। ঐহাক **নাদয়েক্কনা** লৈরি। মথা লয়ি চিংলিবা ৱাতা অহুম অসিনা 'চৎলি', 'চেয়্লি', 'লৈরি' হায়বা ক্রিয়া অহুম অসিগী ফীবম ফেৎংবদগী মখোয়বু হায়বদি তপ্না-তপ্না, কন্না, নাদয়েক্কনা হায়বা ৱাতা অহুম অসি **ক্রিয়াগী বিশেষণ** ওইররিবনী।

### নৈন্নফম (অনুশীলন)

১। বিশেষণ কদায়বু কৌবগে ? মখল কয়ানো ? মমিং ঙম্না ইরকও।

২। মথাদা ইরিবা ৱাহৈশিংগী মরক্তা কদায়না করম্বা মখলগী বিশেষণ ওইরিবা তাক্লকও। চাউবা য়াম্না ফবা অঙাংনী। থুঙ্লাও হুই অরাংবা অমা লোইরি। শগোন য়াঙ্না চেয়্লি। হন্নুবদো তপ্না ২ চৎলি মসি য়ৌনা থুমথ্রবা হৈথা নী। নীচৎ ফজবা অঙাংবু থ্বাইনা চাম্লি। মসিনা থ্বাইমক্তগী অরায়বা অঙ অমা নী।

---

## সর্ব্বনাম (শাইওংহুৎ=Pronoun)

মমিং পূন্নমক্কী মহূত্তা শীজিন্নবা য়াবা ৱাতা অদুবু **সর্ব্বনাম** কৌয়ে। হায়বদি, মী ১সুং পোৎনচিংবগী মমিং হন্না ২ পল্লুদনা শীজিন্নরিবা ৱাতাশিং (শব্দশিং) অদো **সর্ব্বনাম** ঙাকমক্কনী।

সর্ব্বনাম শব্দ কয়ামরুম মথাদা ইথম্লকনী:—ঐ, ঐগী,

ঐখোয়, ঐখোয়না, নঙ, নঙবু, নখোয়, নখোয়না, মা, মানা, মাবু, মাগী, মসি, মসিনা, মসিবু, মসিগী, অদু, অদুবু, অদুগী, মহাক, মহাকনা, মহাকপু, মখোয়, মখোয়না, মখোয়বু, মখোয়গী, কনা, কনাবু, কনাগী, কনাদা অসিনচিংবা।

নৈন্নহন্নম (অনুশীলন)

১। সর্ব্বনাম কদায়বু কৌনবগে ?

২। মথাদা ইরিবা ৱাহৈশিং দগী সর্ব্বনাম পদ ১ম্বুং মখোয় অদো কনাগী মহূত্তা লৈরিবা উৎলকও :—

১। রামবাবু য়ৌনা অকবা মী অমা নী, মরম অসিনা খ্বাইনা মাবু চাম্লি। ২। কাম্লাই কৈথেন কাথী. মহাক হৌজিকমক হল্লকনী। ৩। নাহাকী নয়াম্বা অদো অথোইবা পণ্ডিত অমা নী, মরম অসিনা মহাকী মমিং ফাওরী।

---

# ক্রিয়া ( থৌওং = Verb )

ঐ চারী। হরি চৎলুই। রাম পাগনী। ৱাহৈশিং অসিদা —'চারী' ৱাতা অসিদা চাবা থবক। 'চৎলুই' অসিদা চৎপা থবক। 'পাগনী' অসিদা পাবা থবক ফোংলী।

ৱাহৈগী মনুংদা থবক ফোংলিবা ৱাতা অদুবু ক্রিয়াপদ ( থৌওং ৱাতা ) কৌয়ে। অরায়বা লোনদা তৌবা, ওইবা, কপ্পা অসিনচিংববু ক্রিয়া কৌনৈ।

মাহুদি :—তৌরী, কৌরুই, কোয়খ্রে, শাম্মথী, নোক্লে, চাগনী, লীরী অসিনচিংবা।

ক্রিয়া অসি মরু ওইনা মথন অনী থোকই **সকর্ম্মক** ( কর্ম্ম নত্রগা থোরম চেনবা ) ১সুং **অকর্ম্মক** ( কর্ম্ম নত্রগা থোরম চেন্দবা )।

## সকর্ম্মক ১সুং অকর্ম্মক ক্রিয়া

### ( থোরম চেনবা ১সুং থোরম চেন্দবা থোওং )

### ( Transitive and Intransitive Verb )

১। করিগুম্বা ক্রিয়ানা উনবগী, তানবগী, চানবগী, খঙবগী থোরাংবা ( পোৎলম ) অমা রাৎলিবা, মাদুবু **সকর্ম্মক** ( থোরম চেনবা ) ক্রিয়া কৌয়ে। মাদুদি :—ঐ চাক চারী। গোপাল লাইরিক য়েংলী। রাহৈ অনী অসিদা 'চারী', 'য়েংলী' হায়বা ক্রিয়া অনি অসিতা লৈরম্নবদি, করি চারী, করি য়েংলী, অসিনচিংবা খঙনীংবা পোক্লকই। খঙনীংবা রাতা 'চাক' ১সুং 'লাইরিক' কর্ম্ম নী। কর্ম্ম অনি অসী লৈবদগী 'চারী', 'য়েংলী' হায়বা ক্রিয়া অনিমক অসিগী অর্থ মপুং ফাররে। মরম অসিদগী মথোয়গী মমিং **সকর্ম্মক** ( থোরম চেনবা ) ক্রিয়া হায়নৈ।

২। কপ্লে, নোক্লে, তুমখ্রে অসিনচিংবা ক্রিয়া শীজিন্নবদা, করিগুম্বা থোরাংবা পোৎলম অমত্তা পোক্লক্তে, অদুনা ক্রিয়াশিং অসিবু **অকর্ম্মক** ( থোরম চেন্দবা ) ক্রিয়া কৌনৈ।

কর্ম্ম লৈতবদগী মাগী মমিং **অকর্ম্মক** হায়নৈ। মাদুদি :— অঙাং কপ্লি, হন্সুবা লাক্লে, ঐ চৎলে, মহাক চৎলি অসিনচিংবা রাহৈদা কপ্লি, লাক্লে, চৎলে, চৎলি হায়বা ক্রিয়াপদশিং অসী **অকর্ম্মক** ক্রিয়া ওাকমক্কনী।

## দ্বিকর্ম্মক ক্রিয়া ( থৌরম অনি চেনবা থোওং )

৩। কর্ম্ম ( থৌরম ) অনি চেনবা ক্রিয়াগী মমিং দ্বিকর্ম্মক ক্রিয়া কৌয়ে। মাহুদি :—মমানা মচা চাক ইল্লী। রাহৈ অসিদা 'মচা ১সুং চাক' রাতা অনিমক অসী 'ইল্লী' ক্রিয়াগী কর্ম্ম নী, অদুনা মসি দ্বিকর্ম্মক ক্রিয়া ওইররে।

মতৌ অসুম—হংবা, তম্বা, হায়বা, হায়জবা অসিনচিংবা ক্রিয়াশিং অসী মহৌশানা দ্বিকর্ম্মক ক্রিয়া ওইজে।

৪। ক্রিয়া খুদিংমক্কী অরোইবা ১সুং লোইদবা নাইবা য়াই অমসুং অদুগী মতুংইন্না সমাপিকা ১সুং অসমাপিকা মিংথোল থোন্নে।

## সমাপিকা ক্রিয়া ( অরোইবা খঙ্‌বা থোওং )

৫। করিগুম্বা ক্রিয়ানা রাহৈ মতোল্লোম্বা ওইরবা অমসুং রাহৈগী অর্থ ফজনা খঙ্‌বা য়াবা মাহুবু সমাপিকা ক্রিয়া ( অরোইবা খঙ্‌বা থোওং ) কৌয়ে। মাহুদি :—'রাম চৎলি' রাহৈ অসিদা 'চৎলি' ক্রিয়ানা, রাহৈগী অর্থ অপুম্বা তশেংনা তাকলে, অতৈ করিগুম্বা ক্রিয়াগী চঙলূফম নৈত্রে। অদুনা মসি সমাপিকা ক্রিয়া চিংলে।

## অসমাপিকা ক্রিয়া ( লোইদবা খঙ্‌বা থোওং )

৬। করিগুম্বা ক্রিয়ানা রাহৈ মতোল্লোম্বা নাইদবা অদুগা অতোপ্পা সমাপিকা ক্রিয়া অমগী চঙ্‌ফম থোকপা, মাহুবু অসমাপিকা ক্রিয়া ( লোইদবা খঙ্‌বা থোওং ) কৌয়ে। মাহুদি :—

ঐ শানবা চৎলুই। ম্রাইহ অসিদা 'শানবা' ক্রিয়া অসিনা ম্রাইহংগী অর্থ ফজনা ফেং্‌লম্রে। 'চৎলুই' হায়বা অতোপ্পা ক্রিয়া অসী চঙ্ক্‌ফম থোক্রে, মরম অসিনা মসি অসমাপিকা ক্রিয়া ওইরে।

## নৈনফম (অনুশীলন)।

১। ক্রিয়া কদায়বু কৌবগে? মখন কয়া থোকপগে?

২। দ্বিকর্মক ক্রিয়ানা করি থঙ্‌বগে? সমাপিকা অমসুং অসমাপিকা ক্রিয়াগী খ্যেন্নবা করি লৈবগে খুদম পীদুনা তাক্লকও।

৩। মথাগী ম্রাইহংশিংগী মরক্তা করম্বনা করবা ক্রিয়া নো, শেংনা তাক্লকউ:— হরি মনাওবু চান্নি। মখোয় শানবা চৎখে। ঐখোয় খবর পাই। ওঝানা ছাত্রশিংদা অক্কতৌবা তম্মী। নখোয় ঊক্রগা চাকচাবা তম্মু।

---

# বিভক্তি (মথাইনা = Inflection)

ইমা, ইমাখোয়, ইমাবু, ইমাখোয়বু অসিনচিংবা মফমদা আ, খোয়, বু, খোয়বু অসিনচিংবা খুদম কয়ামরুম তিঙ্খিন্নদুনা শব্দগী তোংঙানবা অর্থ থোকচরে।

চায়, চারি, চারে ক্রিয়াপদশিং অসিগী মরু 'চা' ধাতু নী *। মসিগা লোয়ননা য়, রি, রে তপছিন্নদুনা তোঙানবা অর্থ থোকচরে।

---

* ক্রিয়া (থোওং) গী মরূবু ধাতু কৌনৈ। মাদুদি— চৎপা, চেনবা, কপ্পা, নোকপা ক্রিয়াপদশিং অসিগী মরূদি চৎ, চেন্‌, কপ্‌, নোক্‌, অসিনি।

মতৌ অস্তুম— শব্দ নত্রগা ধাতু অমগী মমৈদা খূদম কয়া-মরুম তিঙ্খিন্নদ্ৰু তোঙান তোঙানবা অর্থ থোক্নে, মখোয় অহুবু বিভক্তি ( মথাইনা ) কৌয়ে। অর্থ থাইথিবদগী মখোয়গী মমিং বিভক্তি কৌনখ্রে।

বিভক্তি তপ্নখ্রবা শব্দ ১স্নুং ধাতু অহুবু পদ ( ৱাতা ) হায়নস্নু খঙ্ে। বিভক্তি মখন অনী থোকই— শব্দবিভক্তি ১স্নুং ধাতুবিভক্তি।

শব্দগী মতুংদা খূদম তপছিনবা অহুবু শব্দবিভক্তি কৌয়ে। মাহুদি— মীবু, মীশিংবু, মসিদা বু, শিংবু শব্দবিভক্তি কৌনখ্রে। ধাতুগী মতুংদা খূদম তপশিনবা অহুবু ধাতুবিভক্তি কৌয়ে। মাহুদি— চাখরে, চাগনি, চা-রি মসিদা খরে, গনি রি অহুম্মক অসিবু ধাতুবিভক্তি কৌনখ্রে।

## শীংলাক ( বচন = Number )

অমা নত্রগা অমদগী হেনবা মশীং খঙ্নবা অহুবু শীংলাক ( বচন ) কৌয়ে। অমত্তা খঙ্নবা মফমদা শীংলাক অমা ( এক বচন ) অহুগাময়াম খঙ্নবা মফমদা শীংলাক ময়াম ( বহুবচন ) কৌয়ে।

## শব্দবিভক্তি ( শব্দ মথাইনা = Inflection of word )

শব্দবিভক্তি মখন তরেৎ থোকই :—অহানবা, অনীশুবা, অহুমশুবা, মরিশুবা, মঙাশুবা, তরুকশুবা ১স্নুং তরেৎশুবা।

বিভক্তি খুদিংগী শীংলাক অনী থোকই— শীংলাক অমা (একবচন) ১সুং শীংলাক ময়াম (বহুবচন)।

## শব্দবিভক্তিগী রূপ (ওংদা)

| বিভক্তি [মথাইনা] | শীংলাক অমা [একবচন] | শীংলাক ময়াম [বহুবচন] |
|---|---|---|
| অহানবা (প্রথমা) | অ, আ, না | খোয়্, শিং, খোয়না |
| অনিশুবা (দ্বিতীয়া) | বু, দা | খোয়বু, শিংবু |
| অহুমশুবা (তৃতীয়া) | না | খোয়না, শিংনা |
| মরিশুবা (চতুর্থী) | দা | খোয়দা, শিংদা |
| মঙাশুবা (পঞ্চমী) | দগী | খোয়দগী, শিংদগী |
| তরুকশুবা (ষষ্ঠী) | গী, কী | খোয়গী, শিংগী |
| তরেৎশুবা (সপ্তমী) | দা, তা | খোয়দা, শিংদা |

## শব্দরূপ (শব্দ মওং = Declension of word)

[ আ, না, খোয়, শিং অসিনচিংবা বিভক্তি তপ্নরগা শব্দগী মওং খর খর হোংদোকলৈ। ]

## আকারনা লোম্বা তাদা শব্দগী রূপ

| বিভক্তি [মথাইনা] | শীংলাক অমা [একবচন] | শীংলাক ময়াম [বহুবচন] |
|---|---|---|
| অহানবা (প্রথমা) | তাদা, তাদনা | তাদখোয়, তাদখোয়না |
| অনিশুবা (দ্বিতীয়া) | তাদবু | তাদখোয়বু |
| অহুমশুবা (তৃতীয়া) | তাদনা | তাদখোয়না |

| বিভক্তি [মথাইনা] | শীংলাক অমা [একবচন] | শীংলাক ময়াম [বহুবচন] |
|---|---|---|
| মরিশুবা (চতুর্থী) | তাদদা | তাদখোয়দা |
| মণ্ডাশুবা (পঞ্চমী) | তাদদগী | তাদখোয়দগী |
| তরুকশুবা (ষষ্ঠী) | তাদগী | তাদখোয়গী |
| তরেৎশুবা (সপ্তমী) | তাদদা | তাদখোয়দা |

## থৌৱাইপানবা ১সুং পান্দবা শব্দগী রূপ।

[ থৌৱায় পান্দবা শব্দগী মতুংদা অনীশুবগী 'বু' ১সুং শীংলাক ময়ামগী বিভক্তি কয়া তপ্নদে। ]

## থম্বান শব্দগী রূপ।

| বিভক্তি [মথাইনা] | শীংলাক অমা [একবচন] | শীংলাক ময়াম [বহুবচন] |
|---|---|---|
| অহানবা (প্রথমা) | থম্বান | থম্বানশিং |
| অনীশুবা (দ্বিতীয়া) | থম্বান | থম্বানশিং |
| অহুমশুবা (তৃতীয়া) | থম্বাননা | থম্বানশিংনা |
| মরিশুবা (চতুর্থী) | থম্বান্দা | থম্বানশিংদা |
| মণ্ডাশুবা (পঞ্চমী) | থম্বান্দগী | থম্বানশিংদগী |
| তরুকশুবা (ষষ্ঠী) | থম্বানগী | থম্বানশিংগী |
| তরেৎশুবা (সপ্তমী) | থম্বান্দা | থম্বানশিংদা |

মী, শা, উচেক অসিনচিংবা শব্দশিংগীসু 'থম্বান' শব্দগী রূপকা অম্মানে।

## ঋকারনা লোম্বা দাতৃ শব্দগী রূপ।

| বিভক্তি [মথাইনা] | শীংলাক অমা [একবচন] | শীংলাক মরাম [বহুবচন] |
|---|---|---|
| অহানবা (প্রথমা) | দাতা, দাতানা | দাতাশিং, দাতাশিংনা |
| অনিশুবা (দ্বিতীয়া) | দাতাবু | দাতাশিংবু |
| অহুমশুবা (তৃতীয়া) | দাতানা | দাতাশিংনা |
| মরিশুবা (চতুর্থী) | দাতাদা | দাতাশিংদা |
| মঙাশুবা (পঞ্চমী) | দাতাদগী | দাতাশিংদগী |
| তরুকশুবা (ষষ্ঠী) | দাতাগী | দাতাশিংগী |
| তরেৎশুবা (সপ্তমী) | দাতাদা | দাতাশিংদা |

( ঋকারনা লোম্বা পিতৃ, মাতৃ, ভ্রাতৃ শব্দ পূম্নমক বিভক্তি তপ্নবদা আকারনা লোমলৈ।)

### নৈনফম ( অনুশীলন )

১। বিভক্তি কদাইবু কোবগে? ২। পাদ ১মুং ধাতু হায়বসি করিনো?

৩। শীংলাক ( বচন ) ১মুং বিভক্তি ( মথাইনা ) অনি অসি মথম কয়া ২ থোক্লিবগে? মমিং ভয়া থারকও।

৪। মথাদা ইরক্লিবা শব্দশিংগী রূপ ( মওং ) ইরকও :— মীওইবা, উপাল, মুপিমচা, উরী, সমুক, যগুং, তুরেন, মাতৃ।

# সর্ব্বনাম শব্দগী রূপ ( ওংদা )

[ মণিপুর লোনগী মপুং ওইবা সর্ব্বনাম ( শাইওংছুং ) শব্দ খরা :— ঐ, নঙ, মা, অসি, মসি, অদু, কনা। অদুগা ঐহাক, নাহাক, মহাক মপুং ওইদবা শব্দ খর অসিদি শীংলাক অমা নত্তনা শীংলাক ময়ামদা রূপ তৌনদে। ]

## ঐ শব্দগী রূপ ( ওংদা )

| বিভক্তি [মখাইনা] | শীংলাক অমা [একবচন] | শীংলাক ময়াম [বহুবচন] |
|---|---|---|
| অহানবা (প্রথমা) | ঐ, ঐনা, ঐহাক | ঐখোয়, ঐখোয়না |
| অনীশুবা (দ্বিতীয়া) | ঐবু, ঐহাকপু | ঐখোয়বু |
| অহুমশুবা (তৃতীয়া) | ঐনা, ঐহাকনা | ঐখোয়না |
| মরিশুবা (চতুর্থী) | ঐদা, ঐঙোন্দা, ঐহাক্তা | ঐখোয়দা |
| মঙাশুবা (পঞ্চমী) | ঐদগী, ঐঙোন্দগী ঐহাক্তগী, | ঐখোয়দগী |
| তরুকশুবা (ষষ্ঠী) | ঐগী, ঐহাক্কী | ঐখোয়গী |
| তরেৎশুবা (সপ্তমী) | ঐদা, ঐঙোন্দা, ঐহাক্তা | ঐখোয়দা ঐখোয়গীদা |

## নঙ শব্দগী রূপ ( ওংদা )

| বিভক্তি [মখাইনা] | শীংলাক অমা [একবচন] | শীংলাক ময়াম [বহুবচন] |
|---|---|---|
| অহানবা (প্রথমা) | নঙ, নঙনা, নং-না | নখোয়, নখোয়না, নং-খোয়না |
| অনীশুবা (দ্বিতীয়া) | নঙবু, নং-বু | নখোয়বু, নং-খোয়বু |
| অহুমশুবা (তৃতীয়া) | নঙনা, নং-না | নখোয়না, নং-খোয়না |

| বিভক্তি [মথাইনা] | মীংলাক অমা [একবচন] | মীংলাক ময়াম [বহুবচন] |
|---|---|---|
| মরিশুবা (চতুর্থী) | নঙদা, নঙোন্দা, নং-ঙোন্দা | নখোয়দা, নং-খোয়দা |
| মঙাশুবা (পঞ্চমী) | নঙদগী, নঙোন্দগী, নং-ঙোন্দগী | নখোয়দগী নং-খোয়দগী |
| তরুকশুবা (ষষ্ঠী) | নঙগী, নং-গী | নখোয়গী, নং-খোয়গী |
| তরেৎশুবা (সপ্তমী) | নঙদা, নঙোন্দা, নং-ঙোন্দা | নখোয়দা, নং-খোয়দা |

## মা শব্দগী রূপ

| বিভক্তি [মথাইনা] | মীংলাক অমা [একবচন] | মীংলাক ময়াম [বহুবচন] |
|---|---|---|
| অহানবা (প্রথমা) | মা, মানা, মহাকনা | মখোয়, মখোয়না |
| অনিশুবা (দ্বিতীয়া) | মাবু, মহাকপু | মখোয়বু |
| অহুমশুবা (তৃতীয়া) | মানা, মহাকনা | মখোয়না |
| মরিশুবা (চতুর্থী) | মাদা, মাঙোন্দা, মহাক্তা | মখোয়দা |
| মঙাশুবা (পঞ্চমী) | মাদগী, মাঙোন্দগী, মহাক্তগী | মখোয়দগী |
| তরুকশুবা (ষষ্ঠী) | মাগী, মহাক্কী | মখোয়গী |
| তরেৎশুবা (সপ্তমী) | মাদা, মাঙোন্দা, মহাক্তা | মখোয়দা |

## অাঁস শব্দগী রূপ

| বিভক্তি [মথাইনা] | মীংলাক অমা [একবচন] | মীংলাক ময়াম [বহুবচন] |
|---|---|---|
| অহানবা (প্রথমা) | অসি, অসিনা | অসিশিং, অসিময়াম |

| বিভক্তি [মথাইনা] | শীংলাক অমা [একবচন] | শীংলাক ময়াম [বহুবচন] |
|---|---|---|
| অনিশুবা (দ্বিতীয়া) | অসিবু | অসিশিংবু, অসিময়াম্বু |
| অহুমশুবা (তৃতীয়া) | অসিনা | অসিশিংনা, অসিময়ামনা |
| মরিশুবা (চতুর্থী) | অসিদা | অসিশিংদা, অসিময়ামদা |
| মঙাশুবা (পঞ্চমী) | অসিদগী | অসিশিংদগী, অসিময়ামদগী |
| তরুকশুবা (ষষ্ঠী) | অসিগী | অসিশিংগী, অসিময়ামগী |
| তরেৎশুবা (সপ্তমী) | অসিদা | অসিশিংদা, অসিময়ামদা |

অদু, মদু, মসি, পুম্নমক্কী মওংসু অসি শব্দগুম রূপ তৌগদৌবনি।

## কনা শব্দগী রূপ

| বিভক্তি [মথাইনা] | শীংলাক অমা [একবচন] | শীংলাক ময়াম [বহুবচন] |
|---|---|---|
| অহানবা (প্রথমা) | কনা, কনানা | কনা-কনা, কনা-কনানা |
| অনিশুবা (দ্বিতীয়া) | কনাবু | কনা-কনাবু |
| অহুমশুবা (তৃতীয়া) | কনানা | কনা-কনানা |
| মরিশুবা (চতুর্থী) | কনাদা | কনা-কনাদা |
| মঙাশুবা (পঞ্চমী) | কনাদগী | কনা-কনাদগী |
| তরুকশুবা (ষষ্ঠী) | কনাগী | কনা-কনাগী |
| তরেৎশুবা (সপ্তমী) | কনাদা | কনা-কনাদা |

## কাল ( মতম = Tense )

ক্রিয়া ( থৌওং ) গী মতমবু কাল কৌয়ে। কাল মখন অহুম থোকই। বর্ত্তমান ( ওইরিবা ) অতীত ( ওইখ্রবা ), ১সুং ভবিষ্যৎ ( ওইরক্কদবা )।

১। করিগুম্বা ক্রিয়াগী থবক অমা হৌজিক থোক্লিবা মাতুগী মতমবু বর্ত্তমান ( ওইরিবা ) কাল কৌয়ে। মাতুদি— ঐ চায়, রাম চৎলী, হরি পারী অসিনচিংবা রাহৈদা 'চায়' 'চৎলী' 'পারি' অসিনচিংবা ক্রিয়াশিং অসি বর্ত্তমান কালগী ক্রিয়া নী।

২। করিগুম্বা ক্রিয়াগী থবক অমা মাংজোনা থোকখ্রবা, মাতুগী মতমবু অতীত ( ওইখ্রবা ) কাল কৌয়ে। মাতুদি— চাউবা লাক্লম্মী, মহাক চ্যেনখিরম্মী, অঙাংশিং শান্নরম্মী, অসিনচিংবা রাহৈদা 'লাক্লম্মী' 'চ্যেনখিরম্মী' 'শান্নরম্মী' অসিনচিংবা ক্রিয়াশিং অসি অতিত কালগী ক্রিয়া নী।

৩। করিগুম্বা ক্রিয়াগী থবক অমা মতুংদা থোক্লক্কনি হায়বা মাতুগী মতমবু ভবিষ্যৎ ( ওইরক্কদবা ) কাল কৌয়ে। মাতুদি— তোম্বী চৎকনি, ঐহাক লাইরিক পাগনী, মথোয় কুম্মৈ য়েংগনী রাহৈ পুন্নমক অসিদা 'চৎকনী' 'পাগনী' 'য়েংগনী' অসিনচিংবা ক্রিয়াশিং অসি ভবিষ্যৎ কালগী ক্রিয়া নী।

---

## পুরুষ ( মীওই = Person )

ঐ ফমই, নখোয় লাও, মহাক নোকই, অঙাং শান্নরী, অসি-

নচিংবা য়াহৈদা য়াওরিবা সর্ব্বনাম ১স্থং বিশেষ্য পদকী চংনবঁ মমিং অমা লৈ, মখোয় থুদিংমকপু পুরুষ ( মীওই ) কৌয়ে।

পুরুষ মথন অহুম থোকই :—অহানবা পুরুষ, অনিশুব পুরুষ ১স্থং অহুমশুবা পুরুষ *।

১। ঐ, ঐবু, ঐখোয় অসিনচিংববু অহানবা মীওই ( পুরুষ ) কৌয়ে।

২। নঙ, নঙবু, নখোয় অসিনচিংববু অনিশুবা মীওই ( পুরুষ ) কৌয়ে।

৩। অসি নত্তবা মা, মহাক, মখোয়, চ্যেং, হৌরাই শগোন, সন, উচেক অসিনচিংবা শব্দশিংবু অহুমশুবা মীওই ( পুরুষ ) কৌয়ে।

---

# ধাতুবিভক্তি

( ক্রিয়াবিভক্তি = থৌওং মথাইনা = Inflection of verb ).

## ক্রিয়াবিভক্তিগী ওংদা।

### বর্ত্তমান (ওইরিবা) কাল† — Present Tense

### চা (চাবা) ধাতু

অহানবা মীওই (পুরুষ)—চা + য় = চায়, চা + রী = চারী, চা + রে = চারে।

* সংস্কৃতগী মমিংদি— উত্তম, মধ্যম ১স্থং প্রথম পুরুষ হায়না চংনৈ।

† মৈতৈলোন্দা বর্ত্তমানকাল অসিগী 'ওংদা শুদবা' ক্রিয়া মথন অমা চংনৈ। মাহ্নদি— নি, নী, নে, নো, লা অসিনচিংবা। মখোয়গী অর্থদি 'ওই' (মানি) থঙহন্নী। অহংবদা 'নো লা' শীজিন্নৈ। মাহ্নদি—কনানো, করিনো, কনাদগী নো, মা-লা ?

অনিশুবা মীওই ( পুরুষ )— চা+ও=চাও, চা+রো=চারো,
চা+খরো=চাখরো, চাখ্রো।

অহুমশুবা মীওই ( পুরুষ )— চা+য়=চায়, চা+রী=চারী,
চা+রে=চারে।

## অতীত ( ওইখ্রবা ) কাল=Past Tense

| | |
|---|---|
| অহানবা মীওই (পুরুষ)<br>অনিশুবা মীওই ,,<br>অহুমশুবা মীওই ,, | চা+খী=চাখী, চা+খ্রে=চাখ্রে, চা+রুই ( লুই )=চারুই, চা+রম্মী=চারম্মী, চা+রমগদোবনী=চারমগদোবনী। |

## ভবিষ্যৎ ( ওইরক্কদবা ) কাল=Future Tense

| | |
|---|---|
| অহানবা মীওই (পুরুষ)<br>অনিশুবা মীওই ,,<br>অহুম'বা মীওই ,, | চা+নী=চানী, চা+রনী=চারনী, চা+গনী=চাগনী, চা+গদবনী=চাগদবনী। |

মতৌ অসুম ক্রিয়া পূম্নমক্কী রূপ ( মওং ) মথক্তা ইখ্রিবা পাম্বেনা বিভক্তি তপছিন্নদা রূপ তৌফম থোকই।

১। ঈকাইখুম্নবগী মরমদা মীওই (পুরুষ) অহুম্মক্তা ঐহাক. নহাক, মহাক শীজিন্নে। অদুগা ধাতুগী মতুংদনা চ, জ, পি, বি, চৈ, জৈ তপছিন্নে। মাতুদি— থকচরে, চাজরে, কৎপিরে, তৌবিরে, থকচৈ, পামজৈ।

২। ঈকাইখুম্নবগী মরমদা অনিশুবা মীওইদা ধাতুগী মতুংদা

পিউ, বিউ তপছিনৈ। মাদুদি— থকপিউ, চাবিউ, হাবি অসিনচিংবা।

৩। কুংসিবা নম্রগা থোওইদবগী মরমদা অনিশুবা মীওই 'নঙ' শব্দ শীজিনৈ। অদুগা ধাতুগী মতুংদনা ও, উ, চৌ, ত তপছিনৈ। মাদুদি— চাও, ফমউ, সকচৌ, সোঞ্জৌ অসিনচিংবা

## বর্ত্তমান ( ওইরিবা ) কাল।

### তৌ ( তৌবা ) ধাতু

| | শীংলাক অমা (একবচন) | শীংলাকময়াম (বহুবচন) | |
|---|---|---|---|
| অহানবা পুরুষ (মীওই) | —ঐ | ঐখোয় | তৌই, তৌরী, তৌরে |
| অনিশুবা পুরুষ ,, | —নঙ্ | নখোয় | |
| অহুমশুবা পুরুষ ,, | —মা | মখোয় | |

## অতীত ( ওইখ্রবা ) কাল।

| | | | |
|---|---|---|---|
| অহানবা পুরুষ (মীওই) | —ঐ | ঐখোয় | তৌখী, তৌরম্মী, |
| অনিশুবা পুরুষ ,, | —নঙ্ | নখোয় | তৌখিরম্মী, তৌ: |
| অহুমশুবা পুরুষ ,, | —মা | মখোয় | তৌরমগদবনী। তৌরুই, তৌরুরম্মী তৌরুখ্রে |

## ভবিষ্যৎ ( ওইরক্কদবা ) কাল।

| | | | |
|---|---|---|---|
| অহানবা পুরুষ (মীওই) | —ঐ | ঐখোয় | তৌনী, তৌগনী, |
| অনিশুবা পুরুষ ,, | —নঙ | নখোয় | তৌরনী, তৌরগনী |
| অহুমশুবা পুরুষ ,, | —মা | মখোয় | তৌগদবনী, তৌগে, তৌরগে |

## অনুজ্ঞার্থে ( য়াথং পীবদা ।
## বর্ত্তমান ( ওইরিবা ) কাল
## চা ( চাবা ) ধাতু

| | শীংলাক অমা (একবচন) | শীংলাক ময়াম (বহুবচন) |
|---|---|---|
| অহানবা পুরুষ (মীওই)— | ঐখোয় | চাসী, চারসী |
| অনিশুবা পুরুষ „ —নঙ্ | নখোয় | চাও, চারো। |
| অহুমশুবা পুরুষ „ —মা | মখোয় | চাসন্নু, চারসন্নু |

## শান্তনার্থে ( অথেম্বদা )

| | | |
|---|---|---|
| অহানবা পুরুষ (মীওই)— | ঐখোয় | চাসিগবা, চারসিগবা |
| অনিশুবা পুরুষ „ —নঙ্ | নখোয় | চাওগবা, চারোগবা, |
| অহুমশুবা পুরুষ „ —মা | মখোয় | চাসন্নুগবা, চারসন্নুগবা |

## নিষেধার্থে ( অথিংবদা )

অনিশুবা পুরুষ (মীওই)—নঙ্ নখোয় চান্নু, চাগন্নু, চারগন্নু, চারুগন্নু।

---

## জিজ্ঞাসার্থে ( অহংবদা )।
## বর্ত্তমান ( ওইরিবা ) কাল

| | | |
|---|---|---|
| অহানবা পুরুষ (মীওই)—ঐ | ঐখোয় | চাবরা, চানবরা, চারবরা ? |
| অনিশুবা পুরুষ „ —নঙ্ | নখোয় | |
| অহুমশুবা পুরুষ „ —মা | মখোয় | |

অনিশুবা পুরুষ —নঙ নখোয় চাবগে, চানবগে, চানরবগে ?

## অতীত ( ওইখ্রবা ) কাল

মীংলাক অমা মীংলাক ময়াম
একবচন) (বহুবচন)

| | | | |
|---|---|---|---|
| অহানবা পুরুষ (মীওই)—ঐ | ঐখোয় | চাখ্রবরা, চানখ্রবরা ? | |
| অনিশুবা পুরুষ ,, —নঙ | নখোয় | চাখ্রবগে, চানখ্রবগে ? | |
| অহুমশুবা পুরুষ ,, —মা | মখোয় | | |

## ভবিষ্যৎ ( ওইরক্কদবা ) কাল

| | | |
|---|---|---|
| অহানবা পুরুষ (মীওই)—ঐ | ঐখোয় | |
| অনিশুবা পুরুষ ,, —নঙ | নখোয় | চাগদরা, চারগদরা ? |
| অহুমশুবা পুরুষ ,, —মা | মখোয় | |
| অনিশুবা পুরুষ —নঙ | নখোয় | চাগেরা, চারগেরা ? |

---

## সন্দেহার্থে ( চিংনবদা )

অহানবা পুরুষ (মীওই)—ঐ ঐখোয় { চাসিরা, চাসিবরা
চাসিগে, চাসিবনো ?

## অস্বীকারার্থে ( য়াদবদা )

| | | বর্ত্তমান (ওইরিবা) | অতীত (ওইখ্রবা) | ভবিষ্যৎ (ওই-রক্কদবা) |
|---|---|---|---|---|
| অহানবা পুরুষ (মীওই)—ঐ | ঐখোয় | | | |
| অনিশুবা পুরুষ ,, —নঙ | নখোয় | চাদে | চাখিদে | চারোই / চাররোই |
| অহুমশুবা পুরুষ ,, —মা | মখোয় | | | |

### মৈনফম (অনুশীলন)

১। কাল অমসুং পুরুষ কয়াবু কৌবগে ? মখোয়গী মখল কয়ানো ? মমিং মথা ওয়া ইয়রকও।

২। মথাদা ইরিবা ক্রিয়া (থৌওং) শিংগী বর্তমান, অতীত অমসুং ভবিষ্যৎ কালগী রূপ (মওং) ইয়রকউ মাদুদি :—

তা (তাবা), ফা (ফাবা), উ (উবা), তুম্, কপ , নোক্।

৩। মথাদা ইরিবা ৱাহৈশিংগী কাল অমসুং পুরুষ লেপ্পরকও :— ঐ কোয়বা চৎকনী। মা থবয় পারী। এখা ইবুঙ্গোনা ঐবু অহ তাক-পিগনী। মখোয় হুমিংচঙ্গা শান্নদ্রা লে। ঐহাক চাক চারে।

৪। শূন্য মফম মেঙ্খিল্লে :—

—কোয়খিরম্মী। —চৎলুই। —চারুগনু। —নোকনী। —কপখ্রে। মখোয়—। ঐহাক হংচিৎ—।

## লিঙ্গ ( থূদম )।

নিপা নুপীনচিংবা থাইবা খঙ্নবা থূদম অদুবু লিঙ্গ কৌয়ে। লিঙ্গ শব্দগী অর্থ থূদম খঙ্গে। লিঙ্গ মখল অহুম নী। পুংলিঙ্গ ( নিপা লিঙ্গ ), স্ত্রীলিঙ্গ ( নুপী লিঙ্গ ) অমসুং ক্লীবলিঙ্গ ( মরক্কী লিঙ্গ = নপুংসক )।

১। নিপা খঙ্নবা শব্দবু পুংলিঙ্গ কৌয়ে। মাদুদি—হনুবা, পাখং, ময়াংনিপা, কৈলাবা অসিনচিংবা।

২। নুপী ত্রাং খঙ্নবা শব্দবু স্ত্রীলিঙ্গ কৌয়ে। মাদুদি— মৌনাহা, হনুবী, লৈসাবী, ওাদু অমোম অসিনচিংবা।

৩। নিপা নুপী অমত্তা খঙ্নদবা, হায়বদি নিপা মরক নুপী

মরক ওইবা শব্দবু ক্লীবলিঙ্গ কৌয়ে। মাহুদি—লৈ, উ, ঈসিং, সুংশিৎ, খোইহী।

অসিত্তা নত্তনা— নিপা-নুপী অনিমক খঙ্নবা শব্দবু উভয়-লিঙ্গ ( মাম্নবা লিঙ্গ ) কৌয়ে। মাহুদি— ময়াং, পাঙল, মৈতৈ, হাও, শগোল, সল, উচেক অসিনচিংবা।

পুংলিঙ্গ শব্দবু স্ত্রীলিঙ্গদা ওন্থোক্নবা চৎনবী পথাপ (নিয়ম) খরদং মথাদা ইরকনী।

১। জাৎ খঙ্নবা অকারনা লোয়বা সংস্কৃত শব্দগী মতুংদা স্ত্রীলিঙ্গদা ঈ ওইরৈ। মাহুদি :—

| পুং | স্ত্রী | পুং | স্ত্রী |
|---|---|---|---|
| দেব | দেবী | ব্রাহ্মণ | ব্রাহ্মণী |
| ছাত্র | ছাত্রী | শঙ্কর | শঙ্করী |
| গোপ | গোপী | গৌর | গৌরী |
| অনাথ | অনাথী | | |

২। অকার ১সুং আকারনা লোয়বা সংস্কৃত শব্দগী মতুংদা স্ত্রীলিঙ্গদা আনী ওইরৈ। মাহুদি :—

| পুং | স্ত্রী | পুং | স্ত্রী |
|---|---|---|---|
| ব্রহ্মা | ব্রহ্মানী | মাতুল | মাতুলানী |
| ইন্দ্র | ইন্দ্রানী | ঠাকুর | ঠাকুরাণী (ঠৌরাণী) |
| রাজা | রাণী | | |

৩। বান ১সুং মান লোয়বা সংস্কৃত শব্দগী মতুংদা স্ত্রীলিঙ্গদা বতী, মতী ওইরৈ। মাহুদি :—

| পুং | স্ত্রী | পুং | স্ত্রী |
|---|---|---|---|
| ভগবান | ভগবতী | বুদ্ধিমান | বুদ্ধিমতী |
| সত্যবান | সত্যবতী | শ্রীমান | শ্রীমতী |
| ভাগ্যবান | ভাগ্যবতী | জ্ঞানবান | জ্ঞানবতী |

৪। আকারনা লোম্বা মণিপুর শব্দগী মতুং স্ত্রীলিঙ্গদা পী, বী ওইরে মাহুদি :—

| পুং | স্ত্রী | পুং | স্ত্রী |
|---|---|---|---|
| ম-পা | মপী (মমা) | হনুবা | হনুবী |
| লাকপা | লাকপী (ফম) | হাওবা | হাওবী |
| ছাপ্পা | ছাপ্পী | খুৎনাইবা | খুৎনাইবী |
| থোপা | থোপী | হঞ্জবা | হঞ্জবী |
| থোঁদাবা | থোঁদাবী | খোবা | খোবী |
| য়েম্বা | য়েম্বী | নিপা (মুপা) | মুপী |
| হাওমুবা | হাওমুবী | | |

৫। মথাদা ইরিবা শব্দশিং অসিদি চৎনবী নিয়ম মমুং চন্দে।

| পুং | স্ত্রী | পুং | স্ত্রী |
|---|---|---|---|
| পা | মা | পিবা | নিংগোল, মৌ |
| চা | চমু | ইপল | ইম্মাল |
| পাবা | ইমা | তাদা | ইচে |
| খুড়া | ইন্দোল | ইনাও | ইচল |
| মামা | ইনে | লাবা | অমোম |

| পুং | স্ত্রী |
|---|---|
| ইবুংঙো | ইবেমা |
| বর | কন্যা |
| পাখং | লৈসাবী, নুরা |

৬। অতোনবা জীবশিংগী মরমদদি লাবা ১সুং অমোম হাপচিনদুনা মখোয়গী লিঙ্গ খায়নৈ। মাদুদি :—সমূকলাবা সমূক অমোম, ঙাম্নুলাবা ঙামুঅমোম, ছোঙারাবা ছোঙাঅমোম।

৭। মান্নবা লিঙ্গ খণ্ডবা শব্দ কয়ামরুমগী মতুংদা ইবুংঙো স্যুং ইবেমা হাপচিনদুনা মখোয়গী লিঙ্গ খায়নৈ। মাদুদি :— আজ্ঞা, ওঝা, সনা ( স্না ), মচা ( মজা ), স্নাখ্যা অসিনচিংবা।

৮। অকারনা লোম্বা সংস্কৃত শব্দ কয়াগী স্ত্রীলিঙ্গদা আ-কারনা লোমনৈ। মাদুদি :— কল্যানীয় কল্যানীয়া, পূজনীয় পূজনীয়া, প্রিয় প্রিয়া, সেবক সেবিকা, লেখক লেখিকা।

৯। করিগুম্বদসু শব্দগী মতুংদা চা চনু হাপচিনদুনা লিঙ্গ খায়নৈ। মাদুদি :— থোদামচা থোদামচনু, মর্ব্বাকচা মর্ব্বাক-চনু, ময়াংচা ময়াংচনু, অফনুংঙাইচা অফনুংঙাইচনু অসিনচিংবা।

## কৈনফম ( অনুশীলন )

১। মথাদা ইরিবা শব্দশিংগী লিঙ্গ খায়য়কও :— দেব, গোপী, ভগবান, শ্রীমতী, ছাগ্না, হঞ্জবী, মেষা, ঙামু।

২। মথাদা ইরিবা শব্দশিংগী করম্বনা করি লিঙ্গ ওইরিবা লেপ্লকও :— কল্যানীয, মর্ব্বাকচনু, ওঝা, ছোঙারাবা, রাণী, খুড়া, নুরা।

৩। লিঙ্গ কয়ামরু কৌবগে? মথন কয়া থোকপা ওয়া ইরকও।
৪। ক্লীব (মরকী) লিঙ্গ ১মুং উভয় (মারবা) লিঙ্গ কয়ামরু কৌবগে?
৫। মরকী লিঙ্গগী খুদম মঙা ১মুং মারবা লিঙ্গগী খুদম মঙা ইরকও।

---

## কারক ( Case )।

'পীরে', 'চারে', 'ভূমলে' অসিনচিংবা ক্রিয়া ( থোওং ) অসি হায়বমক্তা— কনানা পীরে? কনাবু পীরে? করি পীরে? অসিনচিংবা ৱাহং লাকই। ৱাহংশিং অসিগী পাউখুম পীনবগী দমক ৱাহৈদা পদ ( ৱাতা ) কয়ামরুম চঙলৈ। 'হরিনা মাগী উপু অমা ঐঙোন পীরে' ৱাহৈ অসিদা মথা লয়ি চিংলিবা ৱাতাশিং হায়বদি 'হরিনা', 'মাগী', 'উপু', 'ঐঙোন' ৱাতা মরি অসি 'পীরে' ক্রিয়াগী ৱাহংদগী লাকপা পাউখুমনী। অদুনা ৱাতা মরিমক অসি **কারক** অমম্মম ওইররে।

ক্রিয়া অমগী মথৌ পাংথোকপদা ৱাতা কয়া কয়াগী সম্বন্ধ ( মরী ) থোক্লবা ৱাতাশিং অদুবু **কারক** কৌয়ে।

কারক মথন তরুকনী— কর্ত্তা, কর্ম্ম, করণ, সম্প্রদান, অপাদান, ১মুং অধিকরণ।

### কর্ত্তা ( কর্ত্তৃ = থৌবু ) কারক (Nominative case)

মথৌ অমা তৌরিবা মহাক হায়বদি মাগী মথৌরাংদা ক্রিয়া ( থোওং ) অদু পাংথোক্লবা ওইবা মাদুবু কর্ত্তা (থৌবু) কৌয়ে। মাদুদি— হরি চারী, যদু নোকই, রাম য়েংলী, অসিনচিংবা বাক্য ( ৱাহৈ ) দা চারী, নোকই, য়েংলী ক্রিয়াশিংবু মথংশিংনা হরি,

যদু, রাম না পাংথোক্লী, মরম অসিনা মখোয় অসি কর্ত্তা নী। কর্ত্তৃকারকতা অহানবা মখাইনা ( বিভক্তি ) ওইরে।

### নৈন্নহল্লম্ম (অনুশীলন)

১। কারক কনায়বু কৌবগে? মখল কয়ানো? মমিং তম্না থারকও।

২। কর্ত্তা (থৌ-বু) কনাবু কৌবগে? থুদম অনিহুমদং ইরকও।

৩। মথাদা ইরিবা বাহৈশিংগী কর্ত্তা পুথোরকও।

রাম শায়রী। ঐ স্কুল কারুরে। কাহ্নাই রাম ফবা মী অমা নী। অচুম্বা বা ডাংঙ্। তোমা লাইব্রিক ইরী।

৪। অহাংবা মফম মেঞ্জিল্লো:—

—কদায় চংকগে? —নাশপাতি চাথে। —চন্দ্রা চেক্লোকথে। —পাড়া ওড়াইদবা করিগীনো? —চুরক্লে, ছাতিন পুরক্লো।

---

## কর্ম্ম ( থোরম ) কারক ( Objective case )

১। তৌরিবা মথৌ অদুবু কর্ম্ম ( থোরম ) কৌয়ে। অরায়বা বাহৈদা কর্ত্তাগী ক্রিয়ানা তোংলুরিবা থৌ হায়বদি তৌবা, চাবা, উবা ক্রিয়াশিং অসিনা উৎলিবা থবক অদুবু কর্ম্ম কৌনৈ।

কর্ম্ম কারকতা অনিশুবা (বু) বিভক্তি ( মখাইনা ) ওইরে। 'মহাক খবর পারী, অসিদা খবর কর্ম্ম নী। মতৌ অঙ্গুম তোম্বী চিঠি ইরম্মী। মণি জগোয় সারী। থরো চাক চারগনী অসিনচিংবা বাহৈশিংদা চিঠি, জগোয়, চাক কর্ম্ম ( থোরম ) কারকনী।

২। করি করিগুম্বা ক্রিয়াগী কর্ম্ম অনী লৈ। অমবু মুখ্য ( মরু ওইবা ) কর্ম্ম ১ম্মুং অমবুনা গৌণ ( মরু ওইদবা ) কর্ম্ম

কৌনৈ। 'মমানা মচাবু চাক ইল্লী' অসিদা ইল্লী ক্রিয়াগী কর্ম্ম অনী লৈররে, মচাবু ১স্থং চাক। করি ইল্লিবনো? 'চাক'। কনাবু ইল্লিবনো? 'মচাবু'। অসিদা 'চাক' য়াতাসি 'ইনবা' ক্রিয়াগা মপুং ওইনা মরী লৈরে। মরম অসিদগী মসি মপুং ওইবা হায়বদি মুখ্য (মরু ওইবা) কর্ম্ম নী। 'মচাবু' অসিনা মপুং ওইদবা হায়বদি গৌণ (মরু ওইদবা) কর্ম্ম ওইরে।

মপুং ওইবা থৌরমবু (পোৎ থঙ্‌ববু) মুখ্যকর্ম্ম কৌয়ে। অতুপ্পা মপুং ওইদবা থৌরমবু (মী থঙ্‌ববু) গৌণকর্ম্ম কৌয়ে।

## নৈন্নফম (অনুশীলন)

১। কর্ম্মকারক কনাবু কৌবগে? মথন কয়া থোকপগে? মখিং ওয়া থাযকও।

২। মুখ্য ১স্থং গৌণকর্ম্মগী খ্যেন্নবা করি লৈবগে?

৩। মখাদা ইরিবা য়াহৈশিংগী মরকগী কর্ম্ম পুথোকও।

যত্ন মপা-মমাবু ভক্তি তৌই। হরি কোমলা চাবা পাম্মী। মরম্মোকপা অঙাংবু খ্যাইনা চাল্লী। মানা ঐবু লমী তাকপী। লাইগুরুজনবু ভক্তি তৌগদবনী।

৪। অহাংবা মেঞ্জিল্লো :— থবা—পাই। ঐতোম্মা—পীউ। মীনম্বা মীবু—কনাস্থ লৈতে। মতম লৈবখিবিক্তা—য়া ঙাঙ্‌বা তম্মো।

---

## করণ (ত্যোংবাংবা) কারক।

## ( Causative case )

১। করিগুম্বগী মতেংনা কর্ত্তানা ক্রিয়া (থৌওং) পাং-থোক্লিবা, মতেং অদুবু করণ কারক কৌয়ে। অওইবমক ক্রিয়া

পাং-থোক্লবগী করণতনা অথোইবা মতেং ওইরৈ। করণ কারক্তা অহুমশুবা ( না ) বিভক্তি ( মখাইনা ) তপ্লে। মাহুদি—থাঙনা যুবী থোকনৈ, শীংজংনা শীং খায়নৈ। তিংথংনা তিংথং হল্লী। অসিদা থোকপা, খায়বা, হনবা ক্রিয়াশিং অসি থাঙ, শীংজং অমসুং তিংথংগী মতেংনা পাং-থোকলী। মরম অসিনা মখা লয়ি চিংবা বাতাশিং অসি করণ কারক ঙাকমক্নী।

২। তৌইগুমসুং শাম্নবা ক্রিয়াগী করণ কারকতা অহানবা বিভক্তি ( মখাইনা ) ওইরৈ। মাহুদি—মখোয় তাস শাম্নরী হায়বদি তাসনা শাম্নরী হায়বনী; তাসবু শাম্নবা নত্তে।

## নৈনফম ( অনুশীলন )

১। করণ কারক কদায়বু কৌবগে? কারক অাসদা করম্না বিভক্তি ( মখাইনা ) তপ্নবগে? থুদম অমনিদং ইয়কও।

২। মখাগী বাহৈশিংগী মরক্তা করম্না করণ ওইরিবা হায়ও:—থোঙনা চৎলী। থুংনা থবক শূই। নাকোংনা তারে। হিনা পোচৈ হোত্নৈ, হাওবা গাড়ীনা পোৎ পুনৈ।

৩। শূন্য মফম মেঙ্খিল্লো:—মীনা—উ থায়নৈ। ঐখোয়না—শজিক ফাত্নৈ। শাতানবশিংনা— শা তাল্লী। ঐখোয়না—লৈবাংথবিক উবা ফংই।

---

## সম্প্রদান ( কথোকপা ) কারক।

## ( Dative case )

১। স্বত্ব (মরম্নাই শরুক) থাদোকত্না পোৎ অমা কনাগুম্বদা দান তৌবা, মহাকপু ( দান য়াবা মীবু ) সম্প্রদান কারক কৌয়ে।

সম্প্রদানদা মরিশুবা (-দা) বিভক্তি ওই। মাদুদি :—

চাকনিবদা ভিক্ষা হাপ্লিউ। লাঙ্গৈরবদা ফি পীনৌ। য়াঠৈশিং অসিদা চাকনিবা, লাঙ্গৈরবা ( দান য়াবা মীশিং ) অসি সম্প্রদান কারক নী।

২। তৌইশুম্বসুং স্বত্ব (মরম্নাইগী শরুক) থাদোকপা লৈতনা পীখিবদা নত্রগা পীথোক্কদবা লৈবা পোৎ পীখিবদা সম্প্রদান ওইরদে। মাদুদি :—

ধোবদা ফি পীথো। নিংথৌদা থাজানা থীরী। অসিদা মথা লয়ি চিংলিবা শব্দ অনি অসি সম্প্রদান নত্তে। মরমদি ফি অদু অমুক পুরকখিগনী, অদুগা থাজানা অদুনা পীথোক্কদবা পোৎলমনী।

## নৈন্নফম ( অনুশীলন )

১। সম্প্রদান কারক কনাবু কৌবগে ? থুদম অনিদং পীরকও।

২। মথাদা হৈরিবা য়াঠৈশিংগী মরক্তা সম্প্রদান কদায়নো :—লম্বোইবদা মাধুকরি কৎলো। লুপীমচানা চাকনিবদা চেঙ হাপ্লিখ্রে। দাতানা সাধুশিংদা ফি য়েনবী।

৩। শূন্য মফম মেঙ্খিল্লো :— মরম্বোকপা— নিংথোন থাজৌ। দ্রুপদ নিংথৌনা— মচানুপী দ্রৌপদী দান তৌখিরম্মী। মহারাজনা— মনাইশিংদা খাযেনচৎপা— য়েনবী।

---

## অপাদান (পোক্লককফম) কারক।
## ( Ablative case )

করিগুম্বদগী করিগুম্বা মী নত্রগা পোৎ থোক্লকপা, তারক্পা, পোক্লকপা, কিরকপা ওইবা মাহুবু অপাদান কারক কৌয়ে। অপাদানদা মংঙাশুবা বিভক্তি ( -দগী ) ওই। মাহুদি :—

সঙ্গোমদগী ঘী থোকই। কৈদগী অকিবা পোকই। মহাজনদগী শেন পূরে। অসিদা মথা লয়ি চিংলিবা ৱাতাশিং অসি অপাদান কারক নী।

### নৈনহফম (অনুশীলন)

১। অপাদান কারক কদায়বু কৌবগে? খুদম অনিদং পীরকও।

২। মথাদা ইরিবা ৱাহৈশিংগী মরক্তা কদায়না অপাদান কারক ওইরিবা পুথোরকও :—

থোইরাদগী থোহী লোক্কে। ফোথীদগী ফোপান হওরকই। মপানদগী উহৈ্য পাল্লকই। ফৌদগী চেঙ ওইরকই। য়েক্লবদগী কিফম লৈতে।

অহাংবা মেল্লকও :—

—অফবা ওল্লকই। —অকিবা লাকই। অমুনবা উহৈদি—মরাইনা কেঞ্জরকই।

---

## অধিকরণ (তুঙ্ফম) কারক।
## ( Locative )

ক্রিয়া (থৌওং) গী তুংনফমবু অধিকরণ কৌয়ে। অধিকরণদা তরেৎশুবা বিভক্তি -দা ) পকই। মাহুদি :—

থোয়দিংদা থাউ লৈ। অতিয়াঁদা নোং শেল্লি। ডিমাপুরদা কীহোম য়াম থোকই। ঙাচাউদা মহাও পক্লী।

অসিদা— মথা লয়ি চিংবা শব্দ মখৈ অধিকরণ কারক নে।

নৈন্নফম (অনুশীলন)

১। অধিকরণ কারক কদায়বু কৌবগে? থূদম অমনিদং পীরকও।

২। মখাগী রাইহেশিংদগী অধিকরণ পুথোরকও।....নারক্তা কৈ লৈ। ঈশিংদা ঙা চারি। নৈকোন্দা নৈয়াম ছাৎলে।

---

## সম্বোধন পদ (কৌনবা রাতা)।

## (Vocative case)

কনাগুম্বা অমবু কৌনবদা শীজিন্নরিবা রাতা অদুবু **সম্বোধন** পদ কৌয়ে। মৈতৈরোনদা কৌনবা খণ্ডবগী দমক সম্বোধন পদগী মমাংদা হা, হে, হো, ও, হায় অসিনচিংবা অব্যয় অমম্মমদং শীজিন্নবা ঙাই। মাহুদি— হা চাউবা, হে ঈশ্বর, হো বাপু, হায় ওক্তবা অঙাং অসিনচিংবা।

চৎনবী লোন্দা সম্বোধন পদদা (অকৌবা রাতাদা) মরু ওইবা শব্দ শীজিন্নৈ। তৌইগুমম্ভুং সাধু লোন্দদি মখাদা ইরিবা নিয়মদা সম্বোধন পদ সেমনৈ।

১। আকার ১স্নুং ইকারনা লোম্বা শব্দগী আ ১স্নুং ইগী মফমদা একার ওই। মাহুদি— বিশাখা—বিশাখে, দুর্গা—দুর্গে, মুনি—মুনে। সখা-সখে।

২। ঈকার ১স্থং উকারনা লোম্বা শব্দগী দীর্ঘ স্বর হ্রস্ব ওই মাদুদি— দেবী —দেবি, শ্রীমতী—শ্রীমতি, বধূ—বধু, সখী—সখি

৩। উকারনা লোম্বা শব্দগী উগী মফমদা ওকার ওই মাদুদি— প্রভু—প্রভো, সাধু—সাধো, গুরু—গুরো।

৪। চৎনবী লোন্দদি মথক্কী নিয়মগী ওম্রভৈনৈ। মাদুদি— হা তোম্বা, অদুক লাউ। হে রাম, নয়াম্বা কদৌভৈ থুংলবগে।

৫। করি করিগুম্বা মফমদা কৌনবা ৱাতা অদু পল্লুদনা গুপ্পগী কৌনবা খঙ্বা অব্যয় (শাইওংলেপ) শিং শীজিন্নৈ মাদুদি— হে কদায় চৎকগে? হা, করি হায়রিবনো? হে: করিনোদা। অচা: তূক্কচেদা!

নৈনফম (অনুশীলন)।

১। সম্বোধন পদ কদায়ব্ কৌবগে? থূদম অনিদং পীরকও।

২। মথাদা ই'রবা শব্দশিং অাস সম্বোধনদা করম্বা মওং ওইরগদগে :- রাধা, বন্ধু, ল লতা, মুনি, যমুনা, ভাদা, মামা, অতো, ঠৌরাণী।

৩। মথাদা ইরক্লিবা ৱাহৈশিংদগী সম্বোধন পদ পুথোকও :— নবীন! লাইরিক পারো। ইবুঙো। শাউরগদু। মহারাজ! ননাইং কনবিউ। হে প্রভো! ননাইগী দোষ ডাকপিগনী।

---

## সম্বন্ধপদ (মরী থোক্লবা ৱাতা)।

## ( Possessive case )

অতোপ্পা বিশেষ্যগা লোয়ননা মরী লৈনবা, অদুগুম্বা সর্ব্বনাম নত্রগা বিশেষ্যবু সম্বন্ধপদ কৌয়ে। সম্বন্ধদা তরুকগুবা বিভক্তি

( -গী ) তৌগে। মাহুদি—রামগী মরূপ। যম্বগী শগোল। ঠৌরাগী-জম্মগী ছুটি। ঐখোয়গী য়ুম।

মথক্কী রহৈশিংদা মথা লয়িচিংলিবা রাতাশিংদা সম্বন্ধগী তরুকশুবা বিভক্তি তপ্পে।

সম্বন্ধ ১মুং সম্বোধন অনিমক অসি ক্রিয়াগা মরী লৈনদবা মরমদগী মখোয়বু পদ ( রাতা ) হায়না চৎনথ্রে। অদুনা মখোয় অসি কারক মমুংদগী কাইথোকখ্রে।

## লৈনফম ( অনুশীলন )।

১। সম্বন্ধপদ কদায়বু কৌবগে ? মাস কারক মমুং চন্দবা করি মরমনলো ?

২। কারক তরক্কী থুংম অমম্মম পীরকও।

৩। মথাদা হীরবা রহৈশিংগী কদায়দা করম্বা কারকনো, লেপ্লকও :—
মণিগী মনাও চাউবতোন য়াম বুদ্ধিফবা অঙাং অমনী। ঐখোয়গী লৈকায়দা ব্রাহ্মণ ময়াম তাবিশী। শাংজংদা ওয়া উ থায়রৈ। লাইরবনা কিরোন য়েনাবউ। মরুপগী ময়োন চোংলকই। থোয়দিংদা থাউ লৈ।

---

## অব্যয় ( শাইওংলেপ =Inde-clinable )

করিগুম্বা থৌবংদা মওং চোংবা লৈতবা, হায়বদি ফিরেপ অমতদা লেপ্লা শব্দশিং অদুবু অব্যয় কৌয়ে। মাহুদি :— য়েঃ কয়াতা মুংশাংখ্রবনো ! নহাক নত্রগা ননাও লাকপা য়াই। নোংতাবা থোক্রবদি চৎলোই। ঙসিদি পোথারগে, হয়েং মরাক্রগে।

য়াহৈ ময়াম অসিদা মখা লয়ি চিংলিবা শব্দশিং অসি অব্যয় কৌই।

চংনবী অব্যয় কয়ামক্কমগী শব্দ মখাদা ইরক্লী— হোয়, অঙ্, মানে, করম, ঙসি, সু, নে, গা, ও, ইহে, অচা:, হয়ে হয়ে, হন্না হন্না, অমুকহন্না, খঙ্হৌদনা, হেক, অনসুং, মৌইশুসুং, হৌজিক, কদৌঙ্গুংদা, অঃরেম্বদা, মরাইনা, হো, হা অসিনচিংবা।

অব্যয় ময়াম অসে চাইরাকনা মখন মংঙা থোকনা খাইবা য়াই। মাদুদি— তাইনহনবা, খাইদোক্কনবা, কৌবা খঙ্হনবা, ভাবফোংবা অমসুং ক্রিয়াবিশেষণ অব্যয়।

১। -সু, -গা, অমসুং অসিনচিংববু তাইনহনবা (সংযোজক) অব্যয় কৌয়ে। মাদুদি— রামগা শ্যামগা পোকমিন্নবা নী।

২। নত্রগা, ওইরবসু অসিনচিংববু খাইদোক্কহনবা (বিয়োজক) অব্যয় কৌয়ে। মাদুদি— মণি নত্রগা ননাওবু থারকও।

৩। হা, হে, হো, ও অসিনচিংববু কৌনবা খঙ্বা ( সম্বোধনসূচক ) অব্যয় কৌয়ে। মাদুদি— হো চাউবতোন, অদুক লাউ।

৪। পুরীংগী অরাবা, নুংঙাইবা, তুক্কচবা, অঙকপা, অসিখিবিক ফোংলিবা আঃ, উঃ, আগাঃ, ওঃ, অচাঃ, ছিঃ, ঈঃ, ইস্, রামরাম অসিনচিংববু ভাবফোংবা (ভাববোধক) অব্যয় কৌয়ে। মদুদি— আঃ কয়াতা রাগ্রবনো ! ওঃ পাম্মুগ্রেদা !

৫। ঙসি, হয়েং, হাকুম, ভক্তনা, অসুপ, খিত্তা, হাইফেৎ,

ফজনা, অসিদা, অ'সোমদা অসিনচিংববু ক্রিয়াবিশেষণ (থৌওং-থায়) অব্যয় কৌয়ে।

৬। ক্রিয়াবিশেষণ (থৌওং শাইওংথায়) কৌবা অব্যয় অসিস্থ মতম, মফম, মরম, চাংদম ১স্থং পান্দম খণ্ডবা মথন মঙা থোকই। মাহুদি :—

(ক) মতম খণ্ডবা (কালবাচক)— হাকুম, কুমসি, থুনা, তপ্না, ঙন্থানা।

(খ) মফম খণ্ডবা (স্থানবাচক)— অসিদা, আ'সিদা, কদাইদা, কদোমদা, করিদা অসিনচিংবা।

(গ) মরম খণ্ডবা (হেতুবাচক)— করি, করম, করিগী, করিনা, করমনা, করমতৌনা অসিনচিংবা।

(ঘ) চাংদম খণ্ডবা (পরিমাণ বাচক)— থিত্তং খরদং, য়ান্না, মুন্না, ত্তুমিন্না, খজিকহ অসিনচিংবা।

(ঙ) পান্দম খণ্ডবা (তুল্যার্থবাচক)— অস্তুম, অসিগুম, অত্তম, অতুম্না, বুদি, অসিনচিংবা।

৭। মতৌ-তম্বা (অনুকার) অব্যয়— মখোন শেংদবা তোপ-তোপ্পা শব্দ কয়ামরুম লৈ। মখোয় অসিস্থ ক্রিয়াবিশেষণ অব্যয় ওইনা চংনৈ। মাহুদি—কুহু-কুহু খোংবা ; কা-কা খো বা ; নোংনা রা-রা তাবা ; লম্বী স্বং-স্বং নালই ; ওরা পোক-পোক পোথায়। মথা লথি চিংলিবা শব্দমথৈ ক্রিয়াবিশেষণ অব্যয় নী হায়না খণ্ডগদবনী।

### নৈন্নফম (অনুশীলন)

১। অব্যয় কদায়বু কৌবগে ? চাউরাকপা মথন কয়ানো ? খুদমগা লোয়ননা মমিং-মথা ড্রা থারকও :—

২। মথাদা ইরিবা মাইহোশিংগী ময়ক্তা কয়ম কয়বা অব্যয় য়াওরিবা মশক মমিং ড্রা তাক্লকও :— রামগা শ্যামগা থবর পারী। নহাক নত্রগা ননাও লাকপা য়াই। কদায় চংকগে ? নোং বম্-বম্ চুথরক্লে। অমুপ ফজবা ছবি থক উথিদরী। সম্বীদি ফনা কৈ অহুবু সমাউদি কয়া পাংন্দে।

---

## পল্লেপ-খুদম ( যতি-চিহ্ন = Punctuation mark )

ইবা-পাবগী মতমদা, অর্থ ১মুং পল্লেপফম খঙ্বদা খুদোং চানবগী দমক মথাদা ইরক্লিবা খুদমশিং অসি শীজিন্নৈ। মখোয় অহুবু পুলপ পল্লেপ-খুদম ( পোথা-খুদম ) কৌয়ে। মাদুদি—

| খুদম | মমিং | অর্থনচিংবা | লেপ্পা মতম। |
|---|---|---|---|
| ( , ) | কোমা (Comma) | হাইফেৎ লেপ্পদা, | অমা থীবদা চঙ্খিবা মতম। |
| ( ; ) | সেমিকোলন (Semicolon) | শাংথনা লেপ্পদা, | অনিফাও থীবদা চঙ্খিবা মতম। |
| ( । ) | চৈচৈথ (দাঁড়ি) | মপূংফাবা ৱাহৈংগী মমৈদা, | অহুমফাও থীবদা চঙ্খিবা মতম। |
| ( ? ) | অহংবা (প্রশ্নবোধক) | কনাগুম্বদা করিগুম্বা হংবা | মতমদা শীজিন্নৈ। |
| ( ! ) | অঙকপা ১মুং অকৌবা | ( বিস্ময় ও সম্বোধন সূচক চিহ্ন )। | |

( !! ) অন্না-তেংথা ( বিলাপ সূচক )।

( ' ' ), ( " " ) কোটেশন ( Quotation ) মথনগী ৱাহৈদা অতোপ্পগী ৱাহৈ ইনবা মতমদা।

— ড্যাস্ ( Dash ) ..... অতোপ্পা হীরম লাকপা কালদা।

= মান্নবা খূদম ( সমচিহ্ন ) ..... অমগা অমগা মান্নবা কালদা।

[ { ( ) } ] চৈথল ( বন্ধনী )— খূদম অহুম অসিগী মরক্তা মপান থংবা জোড়া অহুব চৈথল অচৌবা, মথংগী জোড়া অহুবু চৈথল য়ায়মবা অহুগা মমুং থংবা অহুবু চৈথল মচ্চা কৌনৈ।

নৈনফম ( অনুশীলন )

মফম চানা পল্লেপ খূদম থারকও— হে অভাংমচাশা নখোয় ঙক্তা ঙক্তা য়হৌদনা তোগদবা নখোৈ তোথোকও করিগী তুমদনা অনাবা .থম্লিবনো নমা নপানা য়োকপিবগী মীওইরিবনী নত্রংদি পীতৎ পাঙৎপা অতাকননা কোয়না চাকনি ফিনিদনা পুন্সি অসি ল্যোনবা ঙাগদবনী। মরম অসিনা লাইগুরুজনগী ময়াথং ঙাক্নবা হোংনজহৌ অচুতদা মীওইবা ঙমজগদবনী।

---

## ৱাতা খোঙ্ল্লীবা ( পদ-পরিচয় = Parsing )

ৱাহৈগী মমুংচল্লিবা ৱাতাশিংগী অমগা অমগগী মরক্তা মরী-মথোঙ ( সম্বন্ধ ) থিদনা লেপ্পবা অহুবু ৱাতা-খোঙ্ল্লীবা কৌয়ে। করিগুম্বা ৱাতাগী খোঙ্ল্লীরকপদা করম করম্বা হীরম পল্লুফম থোকপা, মাদু মখাদা উৎলকই :—

(১) বিশেষ্য ( শাইওং )— করম্বা বিশেষ্য, লিঙ্গ, নীংলাক,

পুরুষ (মীওই), কারক, বিভক্তি (মথাইনা), অদুগা অতোপ্পা কারক মফমদনা করিগী বিভক্তি অদু ওইরিবা, অদুগা কর্ত্তা (থৌ-বু) ওইরবদি করম্বা ক্রিয়াগা মরী লৈনবা হায়বদি করম্বা ক্রিয়াগী কর্ত্তা নো অমস্তুং কর্ম্ম (থৌরম) নত্রগা সম্প্রদান ওই-হিক্লবদি করম্বা ক্রিয়াগী কর্ম্ম নত্রগা সম্প্রদান নো হায়বা তাক্ক-দবনী। ক্রিয়া খঙ্বা (ক্রিয়াবাচক) বিশেষ্য ওইরবদি লিঙ্গ, শীংলাক, পুরুষ অমত্তা পল্লম্লোইদবনী।

(২) বিশেষণ (শাইওংখায়)—কনাগী অমস্তুং করম্বা মখনগী বিশেষণ ওইরিবা অদুগা মিংখঙ্বা বিশেষণ ওইরবদি করি লিঙ্গনো পল্লমগদবনী।

(৩) সর্ব্বনাম (শাইওংহূৎ)— সর্ব্বনাম অসি করিগুম্বদা বিশেষ্য, করিগুম্বদনা বিশেষণ ওইরে। বিশেষ্য ওইরবদি 'সর্ব্বনাম বিশেষ্য' হায়রমগদবনা অমস্তুং কনাগী মহুত্তা লৈরিবনো মাদু পল্লম্লগা, চুম্নগী বিশেষ্যগী মতোঙুম্না থাঙ্গল্লগদবনী; তোইগুমস্তুং বিশেষণগী ভাবতা লৈবা ওইরবদি 'সর্ব্বনাম বিশেষণ' পল্লম্লগা কনাগী বিশেষণ নো মাদু তাক্লম্লগা হেক্তা মরোইরে।

(৪) ক্রিয়া (থৌওং)—সমাপিকা (অরোইব) রা, অসমাপিকা (লোইদ্রিব) রা, সকর্ম্মক (থৌরমচেনব) রা অকর্ম্মক (থৌরম চেন্দব) রা, কাল (মতম), পুরুষ (মীওই), বাচ্য (রাওং), করম্বা কর্ত্তা (থৌ-বু), কর্ম্ম (থৌরম) নত্রগা সম্প্রদান (দানয়াবা) গা লোয়ননা মরী থোক্লবা, পূম্নমক অসি পল্লমগদবনী। তোইগুমস্তুং অসমাপিকা ক্রিয়াগী তাক্ফমদদি মতম, মীওই, রাওং করি অমত্তা

পল্লম্লোইদবনী, শুপ্পগী কর্ত্তা (থোবু) তা তারুম্নগা লোইরে।

(৫) অব্যয় (শাইওংলেপ্)— বিশেষ্য নত্রগা বিশেষণগী কীবমদা লেপ্পা নত্রবদি শুপ্পগী 'অব্যয়' মথনতা পল্লম্নগা লোইরে।

---

## বাতা থোঙ্গ্‌লীবগী ফিদম
## ( পদ-পরিচয়ের আদর্শ = Model of Parsing )

১। রাহৈ— রামনা রাবণবু হাৎপিখী।

(ক) রামনা— মিং খঙ্‌বা বিশেষ্য (শাইওং), পুং (নিপা) লিঙ্গ, অহুমশুবা পুরুষ (মীওই), একবচন (শীংলাক অমা), অহানবা বিভক্তি (মথাইনা), কর্ত্তা (থোবু) কারক 'হাৎপিখী' ক্রিয়াগী কর্ত্তা (থো-বু) নী।

(খ) রাবণবু— মিংখঙ্‌বা বিশেষ্য (শাইওং), পুং (নিপা) লিঙ্গ, অহুমশুবা পুরুষ (মীওই), একবচন (শীংলাক অমা), অনিশুবা বিভক্তি (মথাইনা), কর্ম্ম (থোরম) কারক, 'হাৎপিখী' ক্রিয়াগী কর্ম্ম (থোরম) নী।

(গ) হাৎপিখী—ক্রিয়া পদ (থোওংবাতা), সমাপিকা (অরোইবা), সকর্ম্মক (থোরমচেনবা), অতীত (ওইখ্রবা) কাল, অহুমশুবা পুরুষ (মীওই), মসিগী কর্ত্তা (থো-বু) 'রামনা' অদুগা কর্ম্ম (থোরম) না 'রাবণবু' খঙৈ।

২। হে ভগবন। নাহাকনা ঐথোয়বু ভাকপিয়ু।

(ক) হে— অকৌবা খঙ্‌বা অব্যয় (শাইওংলেপ) নী।

(খ) ভগবন—মিং খঙ্‌বা বিশেষ্য (শাইওং), পুং (নিপা)

লিঙ্গ, অহুমশুবা পুরুষ (মীওই), একবচন (শীংলাক অমা), অহানবা বিভক্তি (মখাইনা), সম্বোধনপদ (অকোবা রাতা) নী।

(গ) নহাকনা—সর্ব্বনাম (শাইওংহূৎ), পুংলিঙ্গ, অনিশুবা পুরুষ, একবচন (শীংলাক অমা), অহানবা বিভক্তি, কর্ত্তা কারক 'ঙাকপিয়ু' ক্রিয়াগী কর্ত্তানী ১সুং ভগবন বিশেষ্যগী মহুত্তা শীজন্নবা সর্ব্বনাম পদ (শাইওংহূৎ রাতা) নী।

(ঘ) ঐখোয়বু— সর্ব্বনাম (শাইওংহূৎ), পুং (নত্রগা স্ত্রী) লিঙ্গ, বহুবচন (শীংলাকময়াম), অহানবা পুরুষ (মীওই), অনিশুবা বিভক্তি (মখাইনা), কর্ম্ম (থোরম) কারক, 'ঙাকপিয়ু' ক্রিয়াগী কর্ম্ম নী।

(ঙ) ঙাকপিয়ু—সমাপিকা (অরোইবা), সকর্ম্মক (থোরম-চেনবা) ক্রিয়া, অনিশুবা পুরুষ (মীওই), বর্ত্তমান (ওইরিবা) কাল, কর্ত্তা 'নাহাকনা' কর্ম্ম 'ঐখোয়বু'।

## নৈনহল্লম (অনুশীলন)

মথাদা ইরিবা রাহৈমসুংচনবা রাতাশিংগী খোঙ্গল্লৌরকও:—

ঙসি অচৌবা এরোপ্ল্যান অমা পাইখী। যদু দি তুমদ্না অনাবা থেম-লিবরা? খুড়াচৌবনা ঐগী অনোবা লাইরিক অহুমথক চেনবিখে। ওঝানদি লাইরিক ফজনা তাকপী, তৌইগুম্বসুং ছাত্রনদি পাড়া অমত্তা ফারক্তে। ভক্তশিংনা চৈতন্যদেববু বিষ্ণুগী অবতার (শাইওন) নি হায়না পূজা তৌনৈ।

---

## শ ষ স ছ কাঙলুপকী শীজিন্নফম।

১। শ, স, ছ ময়েক অহুম অসিগী খ্যেঞ্জোংনবা মচম্না :— মশা (নক্রগা মুংশা) শাবা, ফি (নক্রগা য়ুম) সাবা, মছা (নক্রগা উছা) থাবা ; মী শিবা, লীক শিবা, লীছিবা (ছিদ্) ; ফি শিৎপা, মুংসিৎ সিৎপা, লাংখোং ছিৎপা (ছেঁচ্) ; য়ুম শীবা, পাখোন সীবা, লৈপাক ছীবা (চাইনা কূপ্না) ; মশীং শুবা, সুবিদার (সুবাদার), ফোছুবা ; উশূবা, ফি (নক্রগা পূক) ছূবা ; নাউশুম্বা, সঙ্গোম ছূম্বা (চুমথবা), সন শেনবা, চৎকে সেনবা, অনায়েক ছেনবা (ছ্যেনবা) ; ফৈজোম শেৎপা, লাছেৎপা (ছিঁড়) ; মশা শোনবা, নাম সোনবা, চফ্ ছোনবা ; শাইবা তিংখং, ক্বা ছায়বা (চর্ব্বোণ) ; সণা শুংবা, মুংসিবা (স্নেহ), অসিনচিংবা ।

২। ষ ময়েক্কী মচম্না :— ষষ্ঠী পূজা, রাধাষ্টমী, তুষ্ক, তূষেণ, উষনা, উষরাই, চষাৎ, ষণ্ডংখা, ষণ্ডৌ অসিনচিংবা।

ছ ময়েক্কী মচম্না :—ছত্র, ছাত্র, ছাতিন (ছাতি), ছবি, ছাঁনা (ছাঁকনা), ছম (চুল), মছুং (চোক), ছূম্ন (চূণা), ছুম্বা (চুমথবা), ছো (চাবি), লীছিনবা, ছোরি (ছুরি), ছেকপী, ছেম্বাং, খরছা (খরচ), ছূটি, ছেকচাই, ভাছেপ অসিনচিংবা।

৩। সন্ধি-সমাসনচিংবগী মচম্না:—পাচ্ছা, পাচ্ছেল, পাচ্ছোয়, ছাই (ছাঁইচ), ছাইখাঙ, ছাইচুম, ছাইচোনবা, ঈসিংমুংসিৎ, ছাই-গংছাইয়া, ফিছু-ফিচাম, ছু-চাম্বা, পোচ্ছংবম, খূচ্ছ্-খূৎলাই, য়োচ্ছুবী (য়োংমখোঙ অহুমশুবী), ফোছুশঙ, চম্প্রা-ছোলোম, ছুকছুম্বন, ছমছেৎ-মিংশেন, ফোছু-চেঙছু, চুছুম্বা অসিনচিংবা।

৪। শা-সম্নচিংবদা চল্লিবা মচম্মা :—শগোল, শামু, শামুগণ্ডা, শগুম, নোংশা, শত্থুং, শবি, শগোনশবী, লমশা, সল, সম্বী, সমূক, সম্নাউ, লমসন, যণ্ডং, যণ্ডণবা অসিনচিংবা।

৫। উচেক-রাইয়ানচিংবদা চল্লিবা মচম্মা— ছেন্দাং, ছেকপী, ছেম্বাং, ছোঙারাবা, নাউছেক, উষায়, উম্বুক অসিনচিংবা।

## নৈনফম (অনুশীলন)।

মথাদা ইরিবা বাহৈশিংগী মরক্তা অরান অশোয় লৈবমথৈ চুমথোরকও :— মুংশা সারে। ফি শারি। মুংসিং কপ্পা ছিংলক্লে। খোংবান ঈশিং শিত্তোক্লো। উশনা চেঙ রাল্লকয়ু। নাম ছোনবা লংকয়ু। শুন্নকোক অত্র থর লাল্লকও, সজোম শুম্বা হৈবরা? লৈসংনা কৈয়েন শাম্নবদা মনাওত্তোনবু ছুম্বিরে। শন্দং লাশা আস মমন কয়া পীরকপগে? ফুরিৎ শাইগকপা অমা তুবা তারী। ফৌ রাদা শেন্দাং য়াম তাবে।

## লেম্মৌ-বা শরূক (পরিশিষ্টাংশ)।

### ১। ময়েক অচুম-অরানগী হীরম (বর্ণ শুদ্ধা শুদ্ধি প্রকরণ)

| অরানবা | অচুম্বা | অরানবা | অচুম্বা |
|---|---|---|---|
| ঈস্পর | ঈশ্বর | অজ্ঞা | আজ্ঞা |
| বিষ্টু | বিষ্ণু | শনা | সনা (সোণা) |
| আদ্বৈত | অদ্বৈত | লূপা | রূপা (রৌপ্য) |
| মহাদেব (ব্রজমণ্ডলদা) | গোপীশ্বর<br>গোপেশ্বর | আমাবস্থা | অমাবস্যা |
| | | একাশীব্রত | একাদশীব্রত |
| সরস্পতি | সরস্বতী | আশীষ | আশিস |
| আরাতি | আরতি (আত্রি) | [illegible] | [illegible] |

| অয়ানবা | অচুম্বা | অয়ানবা | অচুম্বা |
|---|---|---|---|
| বৈষ্টব | বৈষ্ণব | কম্পোার | কম্বল |
| মহিমাবর | মহিমবর | সম্মত | সম্মত |
| শোরাং | শরাদ্ধ (শ্রাদ্ধ) | সম্মান | সম্মান |
| উশোপ | উসব (উৎসব) | নমস্কার | নমস্কার |
| নামসংকীর্ত্তন | নামসঙ্কীর্ত্তন | প্রনাম | প্রণাম |
| পুন্যচেনবা | পুণ্যচেনবা | য়াইস্কুল | য়াইস্কুল |
| মঙ্গল হৱাই | মংগল হোৱাই | শনাবুল | সণাবুল |
| | (মোগল) | শগোৌ | ষগোৌ |
| তুলসীবোং | তুলসীবুং (পুং) | সত্রং | শত্রং (শতরঙ) |
| পোরৈতোন | পোইরৈতোন | বিষ্ণা একাদশী | বিদ্ধা একাদশী (নত্রেগা-সংগোম) |
| পৈশা | পৈসা (পয়সা) | পোইরৈ | পোরৈ (পো-মরৈ) |
| চাহৌ | চাহাউ | ওইনাম | ওয়নাম |
| শিকি | সিকি | এলাংবম | য়েল্লাংবম |
| টোটি | ঈসিং কোল (কল) | | |

## ২। থোগল্লোল ( সাধুভাষা )।

| সাধুলোন | খুল্লকলোল | সাধুলোল | খুল্লকলোন |
|---|---|---|---|
| পাবুং | পাবা | চাইথসেন | চাইশেন |
| য়াম্বুং | য়াম্বা, তাদা | চাইথবা | ঈরুজবা |
| হরিমন্দির | লাইশঙ | লূকহাবা | চাকচাবা |
| শঙ্গায় | য়ুমজাও | থুদোং ফানবা | হিদাকথকপা |

| সাধুলোল | খুল্লকলোল |
|---|---|
| খাংচেৎ (খাংশেৎ) | ফনেক<br>ফৈজোম |
| নমথাং | ইনফি |
| কাংমানবী | য়োংচাক |
| নুংহৌরাই | য়ুহৌরাই |
| শগোলহৌরাই | শগোলাই |
| মালাচৎপা | লীকপায়বা |
| রাঙ্গোনশঙ | চাবোকশঙ |

| সাধুলোল | খুল্লকলোল |
|---|---|
| ঈসিংফানবা | ইসিংথকপা |
| কাগোকহানবা | খুদোনপোৎ পীবা |
| অমাংশঙ | থীফায়শঙ |
| খুনেৎশা | শগোল |
| মতোল | মখুড়া |
| তাদাইবুংঙো | তাইংঙো (তামো), তাদঙাং |

## ৩ শেরান্ননা চৎনখ্রবা শব্দ কয়ামরুম।

| অচুম্বা | চৎনখ্রবা |
|---|---|
| নারায়ণ | নারাণ |
| সিন্ধু (নদী) | হিন্দু (জাৎ) |
| রাসেশ্বরী | রাশ্বরী |
| জগৎবন্ধু | জগবন্ধু |
| দ্বারকা | দ্বারিকা |
| শরচ্চন্দ্র | শরৎচন্দ্র |
| সমুদ্র | সমদ্রু |
| য়োচ্ছুবী | য়োৎশুবী |
| য়ুহা-হাবা | য়ুহারাবা |
| অগুরু | আগর |

| অচুম্বা | চৎনখ্রবা |
|---|---|
| য়ুম্ফাল (ঈম্ফাল) | ইম্ফাল |
| ময়ায় য়ুম্ফাল | ময়াং য়ুম্ফাল |
| কোন্নুং | কোম্নুং |
| কাকোক | কাগোক |
| খোকমন | খোম্মন |
| চৈরাক | চৈরাপ |
| উচূক | উচূপ |
| থাউমৈ | থাংমৈ |
| লাইলৈমা | লাইরৈমা<br>লাইরেমা |

| অচুম্বা | চৎনখ্রবা | অচুম্বা | চৎনখ্রবা |
|---|---|---|---|
| শাকৎপম | শাগপ্পম | আসাম (আহোম) | তেখাও (ডিখৌ নদী) |
| অম্বোম | অতোম | নূপুর | নোপুর |
| য়েনকোকফম | য়েঙ্কোকপম | মুরলী | মুরুলী |
| ছাপ্পম (রাণীপোকফম) | শাপ্পম, (-পম) | সাগুদানা | সাবুদানা |
| মাইঙ্কাম | মাইশ্নাম | মৈতৈলৈপাক | মৈত্রবাক |
| কবোলম্বু (ময়ুম) | কব্রম্বম | মীরৈপাক | মর্ব্বাক |
| ময়াংলম্বু (ময়ুম) | ময়াংলম্বম | শিবাজ্ঞা | শিবিকা (শু-) |
| মচাইবুংঙো | মজাইবুংঙো | চীংশুউ | চীংশুবু |
| পোচ্ছংবম | পোংশংবম | লানচীং (লাঞ্জীং) | লাংজীং |
| পাচ্ছোই | পাংশোয় (পাশোয়) | লাইথূৎলেম্বী | লাইথুরেম্বী |
| খূৎহাঙথাম | খুলামথাম | খোঙরাইফম | খোঙাইফম |
| খড়িচৈ | খড় চৈ (খড়জৈ) | ছেকমাইচীন | ছোঙাইজীন |
| হিরিম্বাপুর | ডিমাপুর (মণিপুর রোড) | কোতয়াল | কত্বাল |
| লাইপাঙ্গনবা | লাইপাঙম্বা | কোনমা | কোহিমা (খুমুমৈ) |

৪। মীরৈবাক্কী শব্দ কয়ামরুম (কতিপয় বিদেশী শব্দ)।

| শব্দমরূ | চৎনখ্রবা | শব্দমরূ | চৎনখ্রবা |
|---|---|---|---|
| পল্টন (Platoon) | পল্টন | কাপ্টেন (Captain) | কপ্টান |
| আমেরিকেন | মার্কিন (ফি) | ম্যাজর (Major) | ম্যাঞ্জর |
| শাস্ত্রী (Sentry) | সন্ত্রী | জেনেরেল (General) | জর্ণেল |

| শব্দময় | চৎনথ্রবা |
|---|---|
| হাস্পাতাল (Hospital) | আস্পাতাল |
| কেরাসিন (Kerosene) | কেরেসিন |
| ডাক্তার (Doctor) | ডাক্তর |
| জিঙ্ক (Zinc = দস্তা) | জিঙ্ঘ(টিন) |
| সিপাহী (Sepoy) | সিপাই |
| ডাকঘর | ডাকশঙ |
| কোপি (Port Couve) | কোবি |
| লংকিলাত (Longcloth) | লাংঙলা |
| মুগাকিলাত (Muga cloth) | মুগাগিলাপ |
| হাওয়াগাড়ী (Lorry) | হাওরাগাড়ী |
| বাইসিকেল (Bicycle) | বাইস্কেল (একাগাড়ী) |
| বঙ্গাল (পূর্ব্ববঙ্গ) | পাঙল |

| শব্দময় | চৎনথ্রবা |
|---|---|
| মায়ঙ্গ (মাইবং) | ময়াং |
| গন্ধক | কন্দুক |
| কোল্‌নেল্‌ (Colonel) | কর্ণেল |
| জমাদার | জামাদার |
| সুবাদার | সুবিদার |
| হাজরিকা | হাজারী |
| দেওয়ান | দেওরান |
| মোহরদার (চুমনম্বা মী) | মোহদার |
| ফুঙ্গী (লম্বোইবা) | পুঙ্গী, পুংগ্রী |
| লুঙ্গি (নামৈয়েপ্পবা) | লোঙ্গী, লোংগী |
| তাঁবু (Tent) | দম্বুর |
| মেথর | য়াইথিবী |
| আভা (Ava) | আৱা |
| ত্রিপুরা (দক্ষিণ) | তক্ষেণ |
| শ্রীহট্ট (শিলহেট্) | শিলট্ |
| আহোম | অঙোম |

লোইরবা।